ꯊꯥꯝꯃ ꯑꯍꯤꯡꯒꯤ ꯂꯩꯍꯥꯎ

# থাম্মা অহিংগী

# লৈহাউ


ভোরোত সনসম





মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, থৌবাল দিষ্ট্রিক্ট ব্রাঞ্চ, রাংজিং

# Thamamba Aheengee Leihao

*A narrative poem in Manipuri*

by Bho[illegible] Sanasam

First edition: 2012

অকোণবা: বিদ্যাশাগরনা লমজিং পব্লিকেসন্সকী মায়কৈদগী
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, থৌবাল দিষ্ট্রিক্ট মশাগীদমক



মমল: লুপা ৮৫/

কপি মশীং-৫০০

মখুম : থৌনাজম নদিয়াচান্দ



Typeset: SB ENTERPRISE
Raja Market, Circuit House Road
Silchar-788001, Cachar, Assam

# ফাওরকখিবা খরা

মিকুপ অমগীতা ওইরবসু মীওইববু খঙ্গহন্না ঙম্বা তেন্তক তৌবা বারী অসি কাব্যগী শক্লোন লৌরদুনা জিরি জিরি চেঙ্গহরি। খজিক্তনা লমথুংনবা ঙম্বা সুপ্নগী বাহৈ খরখক্তনা 'কোনসেন্ট্রেতেদ পিল'গুম ওঙ্খোক্লা হৈনা শিংনা কাব্যকার অসিগী খোর্জে অসি তুলিগী শক্লোন লৌরগা য়েকথোরক্লিবা চরাম চদংনরবা হাম্বাৎলবা লৈহাউ অমদি মাগী অঙাং অহুমগী শক্তম অসি হৈশিংলবা ফোটোগ্রাফরশিংনা চরা হেন্দুনা শিগদবা ঙাইজরিবা ইথিওপিয়াগী অঙাংশিংগী কাপথোকলকলবা থবাক্কী শরূ মীৎতা শঙ শঙ উহন্নগুম অপাবশিংগী থম্মোয়বু লাংতক্নহল্লি। দিসক্রিপতিবকী মওংদা এদজেকটিবখক্তনা হাজিল্লবা খুয়েক অসি কাব্যকার অসিগী মহৌশাগী চেন্নজরকলবা গুন্না নত্তে করম্না হায়গনি। কাব্য অসিগী বাহৌদোক অসি খজিক্তনা সুপকোন কোনশিন্না বাহৈ কয়ানা চনন্নরি।

শীজিন্নরিবা বাহৈ বাতা কাব্যগী তান্তাখোল তাঞ্জা চানা চানা মতাং চানা চানা শীজিন্নগদৌবা বাহৈ 'বার্দ এপ্রোপ্রিয়েতনেস' অহীঙ নোংযাইগী থাওমৈ পোদোনগী মৈবিগুন্নি। মদুগীসু মথক্তা কাউরোইদবা বাহৈ 'ইটরনিতি ওফ বার্দ' "কখোকপগী পুন্সিনি হযিংখোয়গী মপোক্তী/ বানা শুবা নোঙ্গগা খোইহী লোকই খোইবুনা" বাহৈ কয়াসিনা সন্দীংকী তেহাইগুম অপাবশিবু মখোয কাহনবতা নত্তনা হন্না হন্না নীশিংহন্নগী ঈনোং কাহল্লি। অমুকসু ওঙ্খেক্লা থোংনা মেঙনা চৈ থাংলি কোর্পর্টেলিজম্বু কাব্যশিমক্তদা "লাখববনা শুরগা ইনাকখুনবনা ফংই/ ওক্লা বানা নীল্লগা মনা ফংই লমহূয়না" অশুম্না কেপিতেলিজমগী মাযোকতা কম্যুনিজমবু অমুক ইচং থৌনা শৌগৎলি। অদুগা অমুকসু মসোন থোকতনা চৈনা ফাওহল্লি।

'সেপেরেসন ইজ সেদ' পাওরৌ অসি লাইবক থীবি লৈহাউগী মকাদসু থোকলরে। কায়নরমদাই মিকুপ অদুদা যোশেপ্পা পিদোন্ননা মশাবী লৈহাউদা পুমেন পাউমেনজবা, পুঙমদ্রবা থম্মোয়গী মীৎকী পিরাং খক্তনা অঙাং নবা অহুম্বু মাঙদা থল্লগা কায়না মৈচাক্লা রায়খ্রবী লৈহাউগী রারী অসিনা খঙ্গহল্লি সাহিত্য নর্ভাসদি ইমোসন অমদি রোমান্সকী কুয়োম্না জোম জোম লাকথদুনা নীং-খা তম্না পাঞ্জবোয়রে।

অমুকসু মীওই পুন্সি অসিদি মাগী মাগী ফিভম্না নগন্দা চৈরাক তম্বি হায়বগী তত্ব অমসুং দর্শন অসিবুসু কাব্যকাব অসিগী কাব্য বাৎতা পাদনা শৈথাজরি- "লুপখরে চেগী হি চেম্বখরে ইচেন্না/ ঙাকপিনবা লৈতবনা হিনাও শাবা যাওদবনা"। শোয়দনা নীংশিংহল্লি রবিন্দ্রনাথকী "কাগজেব নৌকা" (চেগী হি) বু।

মতমগী মৈখুনা কুপশিল্লুরবা কাব্যরসকী মহাও অমসুং মাগী ইতোপ তোপ্পা শক্তমগী লৈতেং অমদি তাম্বাখোল, লেপ্পুরবা মাগী শৈশক তাবুনুঙদগী শিৎনান্না পুথোরক্লগা তাহল্লিবসি রার্থস রার্দকী *"স্তোপ হিয়ার ওর জেন্তলি পাশ-পারহেপস দ প্লেন্টিফ নম্বরস ফ্লো"* কাব্যরস খুন্না হৈবা কনাগীদি মিকুপ অমতংগী ওইরবসু পামজবা উরুমদা পোখা হৈচিক লাংজফন্নি।

চুম্মী মরক মরক্তা নেরেতীবনেসনা হাকমনখিদুনা কাব্যগী ঈচেন অসিদা ঈথৎ য়াওখিদবদি নত্তে, অদুবু কাব্যরসকী ঈহৌনা অমুকসু লিরি নাইনা চেম্বখি। মশাগী তেম্বক কৌতক তৌবা মফজা অসি পেন্দ পেন্দ লোইশিনখি খঙহৌদনা। অহিঙদা শাৎচবী লৈহাউদি পাক-চাউরবা পম্বৌ ইংখোল চাইগোয়নুংগী কেম্বা নাইদ্রবা লৈকোনলক্তা মনীং তম্না শাৎচরুগদবনি।

ওইনাম নিলকন্থ
হান্নগী ভাইস প্রসিদেন্ত,
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, অসাম

# রাহৈ খরদং

কুইরবা মতম অমগী বারীনি। লুনা চান্না তিন্নজবা ঐগী মরূপ শ্রী থৌনাউজম নোদিয়াচান্দ সিংহ ঐগীদা লাকই। চীংখোঙদা তাবা হাউখোঙ কৌবা খুন্দগী মৌ নহা লৈহাউ কৌবী ঈচন অমনা কিলোমিতর ১৫ হেন্না মখোঙনা থোরক্লগা মপামদা চৎপগী রারী থম্মোয় শোক্লা লীরখি- মঞ্জুনরবা ফিজোন, ময়েং তারবা হকচাং, চপশিল্লবা চাইরুং, হাৎতোকপিদ্রবা শম্লাং, মায়হিংনা য়োম্লবা খজাই অনী, কণ্ডশিল্লবা খুৎশা, মণ্ডাল য়াওদ্রবা মায়খোঙ, মনাক্তনা মকোক চাউবা, মপূক কংবা, মোৎতাই চুদানরবা অঙাং অহুম- শেগায়রবা ফিজেৎ, ফুবাওনরবা কুচু, মমাগী ফিজিদা য়ান, মীৎয়েংনা তঙক তঙক। ঈচন লৈহাউনা পলেম পম্থৌগী মশাইগোন্দা ফুগায়না লৈশাৎ তল্লিখৈঙে শকখঙনরকখিবা লাইয়েকপা মরূপ্তো চহী মঙা তরুক হৌখ্রবা মতুংদা নোংমা ঈখঙ খঙহৌদনা থেংনরকখিবি ঈচন লৈহাউগী মতৌ উবদা থম্মোয় কায়রবা জাৎনি। মহাক্লা ঐঙোন্দা বারী অসি লীরবগী মরম অমা লৈ। মতম লৈবা খিবিক্তা মরূপসিনা ঐবু লাকদবা তুংগী পুন্সিদা অইবা অমা ওইরকদবা মীনি হায়না খনজে লোয়ননা হেক হেকসু ফোংদোকই। মহাক্কী থম্মোয় শোক্লবা রারী অসিদা যুমফম ওইদুনা করিগুম্বা খরা ইযু হায়বসিনি মরূপকী বাখল। বারী অদো মতম চুম্পগী ওইনা ঐগী থম্মোয়দা থূপতুনা লৈখরে। কাউবা ঙমদে- হেক্তমক নীংশিংলকই। কয়াবক খনখি, কয়ারক হোৎখি অদুবু ঈচন লৈহাউগী রারীদো থম্মোয়দা অদুম্মক থূপতুনা লৈখি। মরূপগী অনীংবা অপাম্বা অদু পাঙথোকপা ঙমদনা চহী ২৫ হৌখরে।

শোক ২০০৬ কী লোইরমদাইনি। পুন্সিগী খোঙচৎ থৈরক্তুনা পোক্লফম লমদম লমদিং (থৌবাল দিস্ত্রীক, মনিপুর) থাদোক্লমদুনা শিলচরদা (কছার, আসাম) য়ুম হোংলকখি। থৌগায় কয়ানা খুত্তা কোলোম পায়দুনা রাখলগী ঈপাক্তা মীকূপ খবদং ফাওবা শান্নজবা ফংলমদব মতমদু হৌখরে। য়াহৌবদগী অমুক তুমদ্রিবা ফাওবা মাঙদা অঙৌবা চেবাং, খুত্তা কোলোম ঈদোম তুমিন ফম্মী- কনানসু অয়েৎপা পীরদ্রে। ইবা হৌই- রারীমচা 'রাশক অমদগী অমা'। নীংশিংলকই লাইয়েকপা মরূপকী থম্মোয় থুগায়খিবা রারীদো। রারী লীরম্বা মাদি কাউররিগদ্রা? অদুবু

মরূপকী মাঙখ্রবা থাজবা অদু হনজিন্ননবা মহাক্কী অনীংবা অপাম্বা অসিমতংদি থুংহল্লম্লগে খন্না ইবা হৌই রারী মচা 'থামম্বা অহিংগী লৈহাউ'। ইবা লোইবদা খরদি শাঙদোকখরে। হঞ্জিন হঞ্জিন পায। কযারক শেমদোকই। ঈপেন পেন্দে। অসুম য়েংশিল্লুরগদি ঐগী বারেংশিংদু শৈবেং মানবা বারেং ঙাক্তা ওইরম্লে। থোইনা খম্বক্ত্বা তৌদনা, চাং য়েংনিংবগুম করিগুম তৌদুনা শৈরেং মানবা রারেংশিংদু খরা শেমদোক শেমজিন তৌরগা শৈরেং অশাংবা অমা ওম্বোক্লে। ঈতোমতা খঞ্জে- ঐনা ইরিবসিবু করিনো? রারী মচাসিবু শৈরেংগী মওঙদা ইবা য়াদবা জাৎলা? পাউখুম ফংদনা মতম খরা হৌখরে। নোংমদি 'থামম্বা অহিংগী লৈহাউ' মরোমদোম লেপচবা ঙম্বী ওইহল্লগে খন্না খুৎ থাবা হৌই। মীত্তা উরকই- অহিংদা শাৎপী লৈহাউ কয়া কয়া। ভারতনা বৃতিসকী লোইলম ওইরম্বদগী নীংতম্বা ফংলকখিবা চহি ৬০ হেনখরে। ভারত মালেমগী সুপর পবার অমা ওইরক্লবগী মঙ মঙলি। অখঙ অহৈ কযানসু ওইরকনি হায়না মাঙজৌনা বা হাযবি। অদুবু ভাবত ঈমাগী মখোঙ য়েংনা থাদা থানবা হোৎনজববসু মখোঙ ওইদি পতালদা পৃথরি, শৎকত্তকদবা য়াম্না বাৎলি। অদুনা অহিংদা শাৎপী লৈহাউনা শাৎলম্মী হায়বা ফাওবা খঙবিদনা চন্নফম খঙদনা শাৎলি, কেল্লি। ভারত সবকাবগী চাউখৎ থৌরাং, কাইথোক্লিবা লুপা কোতি কোতি মখোয়দা যৌরক্ত্রী, মখোয়গী শরূক থুংলদ্রি। পূন্নমক বাবীনি কূম্নেনি মখোযদদি। ইনর্ফোমেসন তেক্নোলোজিগী যুগ অসিদা লাইরিক ময়েক চৎত্রিবা, ইলেকত্রিক ফংদ্রিবা, বেদিওগী খোঞ্জেন তাদ্রিবা, তেলিভিজন মশক উদ্রিবা মী কোতি কোতি ঙসিসু লৈরি। মখোযদদি ঙসিসু অমম্বা অহিং ওইবি, নোংঙানবা লৈত্রি। ঙসিসু ১৮শুবা শতাব্দী ভারতকী লৈমায়দগী মপূঙ ফানা লেঙথোকখিদ্রি, মরা তানা লৈথরি। মীনাই নাইথাংগী লীপুন্না তৎখ্রবসু শেন থুম বাৎপগী চেৎলবা লীপূন্না অমুক ফাজিল্লক্লি- ক্রক ক্রক; মীপান তাংদ্রবদি হিংবা ঙমদবা উতাংবীগী পুন্সি ওম্বোকপিরি। শাফু কল্লবা নোংলৈ অসিনা হুমজিল্লক্তুনা পূন্নমক হুমদোকপিরে। চৈথেং ফংদবা ঈমুং লৈরক্তরে। মালেমনা খুঙ্গং ওম্বোবকপদা পুন্সি কোতি কোতিবুদি ঈয়াইগী কৌশীঙ ওইহল্লে। মীওইবগী মরক্তা লৈনবা মরী পূম্বা মতৎ মতৎ থদৎপিরে, শুপ্নতগী অমাং অতোংগী মরীতনা শিনজিল্লক্লি। মতৈ-মনাও, মচা-মশু, মচীন-মনাও, মরূপ মপাং, ওজা-ছাত্র অমাঙ-অতোঙগী পাদম্না মখোয়গী মরক্তা লৈরম্বা নুংশিনবা পূম্বা লৌথোকপিখ্রে, মচোই মচোই তাহনবিরে, লংলা তৎখ্রবা লীক্লু ওইহনবিরে। হিংবগী শম্বীদা চোকথরবা পুন্সিশিংবু মশানা য়ানা ওম্বোকপিরে

অয়োনপোৎ। পুন্সিবু লৈরি য়োল্লি, শেন্দোং লৈরবা কারবার ওইনা চখরি। শাফু কন্না চেষ্টরিবা ঈচেন্দা তাউথরিবা কাউশীংগুম উপায় লৈতনা শিবা ঙাইনা হিংলিবা পুন্সিশিংগী- মঙাল য়াওদ্রবা মায়থোঙ, আশা লৈত্রবা পুন্সি, পাম্বৈ উদ্রবা মীৎয়েং। মখোয়গী শক্তম খরদং য়েক্রুনবা হোৎনজে।

ঈমা ভারতকী নীংথিরবী মায়থোঙদা পীক্লা তারিবা অমুবা দাগ অসিনি ঐগী মীত্তা ময়েক শেঙনা উরিবা। অমুবা দাগ অসিনা মায়থোঙগী ফজবা পুম্ববু চেষ্টদুনা মমল লৈহন্দ্রে। করিগুম্বা দাগ অসি লৈরমদ্রবদি কয়াদা ফজরমগনি।

লাইরিক তমহৌদ্রবা, খরা তম্মগা তোকহৌরবা, নীংথিনা হৈরবা কোতী কোতীনা হিংনবগীদমক্তা, চাক চখোম অমগীদমক্তা শোক্লরি-রাতরলুগী লানফম। লৈফম চাফম লৈতবগী, নুমিদাংগী থোংনিংঙাই চেঙ লৈতবগী, চাননবা হোৎনরিঙৈদা মচাগী মহৈ তম্বগী চে কোলোম লৈবা ঙমদবগী, ফী হুনবা ঙমদবগী, চেঙ থাউ থুম শোৎলুবগী শেন থৌজিল্লকপগী, শেন পুরুবগী শেন্দোয় পীবা ঙমদবগী, শেন থৌজিল্লকপগী অবাবা অসিগুম্বা রাখল মচা মচাশিংনা নুমীৎ চুপ্পা, চহী চুপ্পা ঙৈংহল্লি, ফুম্বংনহল্লি, অনম অহা চুহল্লি- পুন্সি কয়াবু। মখোয়না তংলিবা হিংবগী মহাউ, মখোয়না খঙলিবা পুন্সিগী মমল, মখোয়না উরিবা তুংগী লম্বী- করি ওইগনি। মখোয়গী মফমদদী ঙসিসু অহিংনি- থামম্বা থাশিগী অহিং। থোক্লিবা নুমীৎশে মীচং মীখায় নাই, মঙালসে মী খরদংদাত ফংই, অমুবা লৈচীলনা খনখিবনা কোতী কোতীদদি য়ৌরর্কাত্র। নুমীৎ চুপ্পা অমা অমঙবা নোংনা খনখিবনা কোরৌ মশক উদনা হৌখিবগুম লৈঙাক মপু পাল্লি হায়বগী থৌজানগী ঈরিক অমত্তা ফংদনা পুন্সি কয়া থুপখরে, কয়া অমসু মতম ঙাইরি নাল্লবা সহরদা, তাম্লবা খুঙ্গংদা, লোইজি-লোইযাদা, চীংনুং-মান্নুংদা।

অহিংদা লৈশাৎ তমখিবি, নোংঙানবা নংদনা উবিনবা লৈতনা কেনখ্রবি ঈচন লৈহাউগী বারীসে মনিপুরি সাহিত্য লৈবোন্দা লৈরাং ওইনা লৈশাৎ তম্লুরসনু। মতীক চাদে রারৌবিনু, মপা চাদে শাউবিনু। অহিংদা শাৎলগা নোংঙানবা নংদনা অহিংদা অসুম্মক কেনখ্রবি লৈহাউবু নুংশিজবগী কারক্লিবা ঈথক ঈপোম অসিগী ঈরিক খরদং অদোমগী থম্মোয়দা থুংহনবা ঙমজরবদি হোৎনজরুবগী মহয় য়াল্লে খঞ্জরে।

অইবা

# ৱাফম অমতং

নোং শুকঙান ঙাল্লরোইদবা, মম্বনা শূক লোল্লবা থামম্বা অহিংগুম পুন্সিগী নুংঙাইবা হরাও- তয়াম্বা হায়বদু খঙজদ্রবা, লৈত- লায়রনা চাশিল্লবা মী মিলিয়ন কয়া সুপর পৱার অমগুম ওইরবনি হায়না পোঙজরিবা লৈবাক অসিদা লৈরি। মনুং হঞ্জিননা চাওখৎপা হায়বদু কদায়নো খঙজদ্রিবা মী লীশিং লাক্ষ কৱাগী পুন্সিদুগী মহুৎ শীন্নবা য়েক্লকপা খুৎইনি **'থামম্বা অহিংগী লৈহাউ'**। খণ্ড কাব্য অমা ওইবা য়াব্রা হায়বদু অখণ্ড অহৈশিংদা শীন্ননীংই।

ৱারীদা য়ুমফম ওইবা শৈরেং লাইরিক অসি তোন্দা মান্নদবা খুৎ তরামরিগী চৈথেক্তা হৌবদগী লোইবা ফাওবা পুনবা নীংথিনা হোৎনবগী মমি তাই। অফ- ফত্তা লেপ্পিবদি অপাবশিংগী তারে।

ঐখোয়না নুংঙাইজবদি অসিগুম্বা লাইরিক অমা মণিপুরী সাহিত্য পবিষদ থৌবাল দিষ্ট্রিক্ট ব্রাঞ্চকী মিংদা ফোঙনবা নীংশিংবিরকপসিনি। সাহিত্যবু যোকখৎপগী শরুক অমনি খন্দুনা লৎকক ফাওবা তৌদনা দায়ত্ব হেক্তা লৌশিঞ্জবনি। লাইরিক অসি সাহিত্যগী সংস্থান অসিগী ২১শুবা খুৎপুথোক ওইনা পুথোকচরি।

সনসম নবদ্বিপ
সেক্রেরি
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ
থৌবাল দিষ্ট্রিক্ট মশা, ৱাংজিং

# থামম্বা অহিংগী লৈহাউ

কোয়ৌ শকউনদ্রিঙে মপাউ হান্না থুংলরে
অমম্বগা ঈরোয়না অহিং মাদি চৎখরে।
তাইবং মালেম অপূম্বা অঙানবনা কূপ্লরে
তাইবঙ জীব ওইবশিং য়াহৌ পাউজেল পীররে।
অশিবগুম তূম্লুবা তাইবঙপানসে য়াকাইরে
নৌনা থরায় হাপ্লরে তপ্না তপ্না হিংলক্লে।
মুনা লংবি চেক্লানা নোংঙান পাউজেল পীখরে
ফৈরা থক্তা ফম্বীশিং য়াকাইরোলবু শকখরে।
হৈপাল লৈপাল অপূম্বা উপাল-রাপাল খিবিকসু
লৈনা শাথেক তমজরে মালংবগী তাম্বাদা।
অহিং লীক্লা তাকত্রিবা উনা-রানা লৈনাশিং
সনা লুপা মচু শঙ তগুপ তরেং ঙাল্লরে।
অহিং খুদিং চাক্তাবী অমম্বগী জীবশিং
মথৌ শিম্বা লোইদুনা মরানয়াইদা লেঙশিনখ্রে।
মথৌ মশক খঙজবা অঙানবগী জীবশিং
নৌনা শিম্বা পায়নখ্রে পূক্লিং রাখল থৌনাগা।
মতম অসি মক্তদা হাউখোং খুনগী চিদাইদা
রাগী খাংপোক মনূংদা তূম্লি লৈহাউ হৌজিকসু।
থারি মোমপাক চরূগী রাগী কাংথক মথক্তা
লৈতেং ওইরি ফমুংগী মল্লা ফিজেৎ ফিগায়না।
ফিজেৎ ফিগায় মরক্তা তূমখূল হুল্লি নরাশিং
নুংঙাই মঙলান তমদুনা অরা মচেৎ খঙদনা।
অহোবদা ফক্লাংগী লীৎশিল্লকপা নুংশানা
নীংঙায়দনা তূম্লীবা মচাই মায়দা য়ৈররে।

*ঈঙাল ঙাল্লে ঈমুংদো ফাওজিল্লকপা মঙালনা*

উরে তারে ঙন্নমক লৈহাউ কৌবি মহাকসু।

চমম চনৈনরবা রাখলশিংনা নন্দুনা
হিপ্লি লৈহাউ হৌজিকসু মচাশিংগা লোয়ননা।
নম্বিবিরি কোকথক্তা লৈতবগী রাখন্না
থৎলি মাঙদা মীৎয়েংগী অমম্বগী মপৈনা।
চোংথোরক্লি মীৎমাঙদা রাহং চাম্মা চাম্মনা
মতীক চাবা পাউখুমদি পীঙমদরি অমত্তা।
থাবুম অহুম শুরক্লে ময়ুম থাদোক্লমদুনা
শেন তাল্লুনি চৎখিবা মপুরোইবা যোসেপনা।
উরি মীত্তা ঙসিসু খাঙঙমদ্রবা থৌদোক্তু
নুংশিরবা য়ুমশিবু থাদোক্তুনা চৎখিবা।
নুমিত্তুদগী হৌনা নুংতিগী চিংলক্লিবা
লৈই পরেং পরেংদু ঙরাং মশীং থীরুরে।
থাজদনা শুরল্লে নুমিৎ মরিফুতরানি
থাবুম অহুম হৌরল্লে খঙহৌদনা মতমদি।
পোইনু থাদি চৎখরে বাকচিং থাসু য়ৌরক্লে
তপ্না তপ্না থুংলরে নিংথম কৌবী মহাকসু।
অসুম সুম চিংশিল্লক্লি অঈংবা কৌবী মানা
অরৈ-লৈতা খায়বগী ময়েক শেংলা লৈইবু।
অদুবু যোসেপ মাদি মহাক মশা হল্লকপ্রা
নত্রগা শেন থারকপা করিমতা লৈখিদ্রে।
মানা য়ুম থাদোক্লমদাই মাগী ঈমুং অসিদা
লুপা অমা লৈহৌদে, ফৌ 'মত্তা হাপহৌদে।
চেঙ খরা লৈহৌবা নিনী হুমনিতগীনি
পুন্নমকসি খঙলগা চৎখিবনি যোসেপ্তো।
নুমিত্তগী চৎখিবা ফাওনখিদ্রে ঈ-পাউ

খঙখিদ্রে করিমতা কৈদা লৈরি হায়বগী।
চৎলমদাইদা হায়রম্বা যোসেপকী রাহৈশিংদো
চেৎনা থাজে লৈহাউদি, ঙসি ফাওবা কাউদরি।
নুমিৎ কয়া কয়ানি চাক্কি মশক উদ্রসু
থাজবদুখক্তনা ওইজরি মাগী পাঙ্গল।
মচাশিংবু নুংশিনা পীজ-পীথক তৌজরি
ঙমজবা শক্তী পুথোক শিদনবা হোৎনরি।
পান মাইরেন চুজাক্কী চরা কয়া শেমজরি
মবূক থন্না থন্নাবু মচাশিংদা পীজরি।
খজিক মোমোন তৌজরি মচাশিংগী মতৌদা
রারা পুন্সি খোঙচৎক্কি ঙাইহাক মীকূপ খরদং।
অদুম্মক ওইদুনসু অসি ফিবম অসিদা
কযাম কুইনা নোক্কনি কয়াম কুইনা হিংগনি?
কয়াম কুইনা লৈখিনি ফাজিন পুনশিন তৌদুনা
চৎলমদাইদা পীরম্বা থাজ রাহৈশিংদুনা?
ঙাইজবগী আশাসু তপ্পা অসুম মাঙখবে
থাজবগী মমিসু তুমিন মমি শামখরে।
বাখল লৌশিং মমখবে পাঙ্গল থৌনা লোইখরে
অরা পন্দোল লোমখরে খাঙবৈ পংখৈ লানখব্রে।
কেনা মৌনা লেল্লকই অঙাং নারা ওইরিঙৈ
অবাৎ অপা লৈরক্তে পুংকক চাউরকঙৈদসু।
পঙ্খৌ কোন্দা শাৎলিঙৈ নিঙোন কাদা ঙাল্লিঙৈ
খঙজরক্তে অমত্তা লৈত লায়রগী চৈনা।
পুন্সি মথোৎ কারকঙৈ লৈশা মপূঙ ফারকঙৈ
বসন্তগী তম্বাক্তা মনীং মখা তম্লকই।
মায়কৈ খুদিং ফজবা য়েংলু খুদিং শুমহৎপা
চারু খুদিং মহাউবা য়েন্নীংথানি পুন্সিগী।

*লৈরাং মানা শাৎপদা লৈনম মাসু য়াওরকই*
*লোন্না হুম্বা মালংনা লৈনম কোয়না য়েল্লকই।*
*রাংলা পামেল মতোন্দা লোন্না থূপ্না শাৎলসু*
*উনারক্তা লোৎলসু লৈশাৎ তম্লে মখঙই।*
*নুংশি লৈনম ফংবদা মার খোঙ্গুল লীরক্লে*
লৈকারক্তা লৈরাংগী খোইমু খোঙ্গুল তাররে।
মনূং মতম ওইদুনা হাঙলা থম্মোই লকানুং
নুংশি শক্তম লাৎলুবা পাম্মু তীন্না চীক্লরে।
ঈনখৎলকপা মতমগী ঈঙাও ঙাওজবি লৈহাউ
মাগী থম্মোয় লকানুং লাৎচবনি যোসেপ্পু।
অহানবনি পুন্সিগী থম্মোয় শেংনা নুংশিজে
যোসেপনসু নুংশিজে থম্মোয় শেংনা লৈহাউবু।
লৈহাউ পোকপী অহনশিং, মবুং কোমংখোয়নদি
ঙাই শেন ওইবা পামখিদে লায়ররবা যোসেপ্পু।
-পঙগনু লৈহাউ নঙবু ঈমাখোয়না হায়রিসে
নঙগী য়াইফনবনি নঙবু নুংশিদুননি।
য়ুম্বান পুন্সি হায়বসি শেম্লোক লম্বী য়াওদনা
মপূং ফাবা য়ারোইনে নুংশিনবখক্তনা।
অহানবদা হিংবনি য়েংউ লম্বী হিংনবা
হিংলবা মতমদুদা লাকচগনি নুংশিবা।
চাকখাউবু হাঙলবা অফ-ফত্তা খল্লরোই
ঈকাই-ঈকি লৈররোই নুংশিনবা মাঙখ্রনি।
যোসেপ হায়বা মহাক্তো ঈমা মুন্না খঙইনে
মশক মতৌ চঙখোল্লি মবূক মপাউ ঈংতপ্পী।
অদুম্মক ওইদুনসু মমা মপা লৈত্রবা
লায়ররবা মহাক্তো মতীক চাদে নহাক্কী।
মাগা য়ুম্বাল্লবদি রাইওং কয়া চারোইদা

পুন্সি লৈখা তার্রনি হিংবা লানফম ওইরনি।
নথম্মোয়দো রারকউ নপূক্লিংদো ফাজিল্লু
খুদি অম্যক থীবদা পুন্সি লৈখা তাহনগনু।
খঙসনু হায়না তাক্লি পলেম মমা ওইবিনা
মমল য়াল্লা পাউতাকশিং মমোম চিংনা য়েংদুনা।
নুংশিবনা ঙাওরবি লৈহাউ মাগী ফমদা
হুগী মশক ওইখরে তাকপীরিবা পূম্বদো।
মৈগুম শারবা থাউদা ঈশিং চাইশিনবগুম্না
থোক্লরে থাজদনা লৈহাউ মাগী মফমদা।
অশাউবনা মাঙওইনা অফ ফত্তা তুংওইনা
পূক্লিং ফিরেপ লৌরক্লে শীংনরগে হায়দুনা।
থম্মোয়না নুংশিজবা পূক্লিংনা খোয়দাজবা
মশুংলাংগীদমক্তা লেপ্লে থবায় থারগে।
বারক চেৎপা পম্থৌগী চৈরাক চৈথেং অকনবা
চেক্লেৎ চেৎনা পুনখরে উইরা নুংশি থৌরিনা।
রাম্বরবী পলেমগী রারক লীপুন অচেৎপা
ঈরায় লায়না থদংখে্র কল্লা পাম্মু লীচীংনা।
মঙাউ থীদা নুংশিবা ঙাওহনবিরে লৈহাউবু
লীচীং কল্লি পাম্মুবা কোযচীং চীংলে লৈহাউবু।
পাঙ্গল শোনবি লৈরাংনি রাখল থেনবি নুজানি
পলেম পম্থৌ কাউরক্লে মবুং কোমং নীংশিংদ্রে।
অপোকপীনি পলেমদি থাক্তম তরা নাওপুবী
লৈশাং তমজরকপিনি পম্থৌ মাগী চাইগোয়নুং।
নুংশিবনা ঙাওরবি নুজা মাগী মীত্তদি
য়েক্লবগুম উরক্লে থেংনরগে খল্লক্লে।
পলেম পম্থৌ মবুংনা লুনা চান্না তৌবিবা
তৌশিন্নবা ঙাক্তনি তাংনি হায়না খল্লক্লে।

নুংশি চৈনা ফংলবা লৈশা পাখংশিংদদি
নুংশিবনা মরুনি, অরেম্বনি পূন্নমক।
নূংলক কয়া ফাওদুনা ঈংনা লিরি চেল্লিবা
লোক্কী ঈচেন মচাদু কয়াম কুইনা থিংঙন্নি।
অথিংবশিং শীংননা লৈহাউ যোসেপ অনীদো
তাইবং কনা উহন্দা তুমিন তুমিন চীল্লোক্লে।
অশাউবনা মাঙদা থা নুংশিবনা তুংদা ইন
অশীংনবা খোঙফমদা তৌগে খন্না তৌরেদো।
পীজনিংবৈ ঈথক্লি চাজনিংবৈ ঈপোমনি
ঈথক ঈপোম হৌবনা তুংগী পোলোই কাউইদো।
মৈ ঈশিং খঙদ্রিঙেদা শান্নরুরে পায়দুনা
লৈরাং লোঞ্জিল চিল্লুরে হৈরাং লোঞ্জা চারুরে।
তেল্লি তেল্লি নুংঙাইবা লোইবা নাইদে অরাবা
পামজবনা নুংঙাইবা ফংলিবনা অরাবা।
নোকচবনা মীকূপনি কপ্পগীনা কুমজানি
মীকূপশিংদি চৎখরে কুমজাশিংনা ঙাইররে।
খোঙজেল লেপ্ত মতম্না তম্লরে মপাউ লোন্না
লৈহাউ মাগী পীবুক্কুং মীতম শারেপ তাল্লক্লে।
পুবিখরে পামজবা পীবিররে চৈনাখোল
খল্লুদনা ওইররে থাজদনা থোক্লুরে।
য়ুম্বাল্লবি কনাদা বর ওইনৈ ঈশ্বর মাগী
লুহোংদ্রিবি লৈহাউদি চৈরাক ফংলে ঈশ্বরগী।
কেনা মৌনা চাউরকই নাইতোম শাৎপি লৈহাউদো
লৈত-লায়রা খঙলক্তে অরাৎ অপা লৈরক্তে।
লমজা মচা যোসেপকা শকখঙ মায়খঙনরুবা
অহন-লমন মবুংশিং অশাউ খাম্বী মৈহৌরে।
ঈকাই ফিরুক খুমহনবি শাগে মিংচৎ থীহনবি

মচা মচন নশ্তে হায় লমহেনবিনি হায়বিরে। ৫।২৮৭
নুংশি মৈনা রায়রবা লৈশা পাখং অনীদো
লোন্না চীক্লা উন্নরে নোংমা কোরৌ নোংজাদা।
পিরোইননা থেংনজৈ মৈশা লাংলা মায়থোঙনি
চীনবান্দদি ফোঙদোক্তে থম্মোয় থম্মোয় ফাওদৌক্লে।
তোল্লা তারা যোশেপনি কনা লৈতে মহাক্কী
পলেম পঙ্খৌ অনীনা পীক্লা হুন্দোক্লম্লেদো।
মপোক থীরা পুন্সিনি শিঙমদনা হিংবনি
থেঙলা. অহিং তাংলৌদা পম্বুং লৈতা চৎপনি।
অতা অতু খুন্দুনা চরা নোংখন্নজেদো
ফিমন ফিজেৎ ফিগায়না ফিরোন নাইনা শেৎচৈদো।
তৌবা য়াবা তৌজরি হিংনবগী লম্বীদা
মাসু মীনি হায়বসি উৎকে কন্না হোৎনরি।
য়েন্নীং থানা লাকপদা লায়রৈ তোল্লি হায়দুনা
নৌনা ময়োন চোংদবা চীখহৌব য়াওদেদো।
অতা অতু খুল্লসু ফিজেৎ ফিগায় শেৎলসু
মীওইবগী থম্মোয়দি অমত্তনি অমতা।
লায়রবগী থম্মোয়দা নুংশি য়েন্নিং চোংলরে
থম্মোয়না লোনবা মরোন থম্মোয়তনা মখঙই।
লৈত-লায়রা পুন্সিগী তোল্ল-তারা মতৌদা
থোইনা হেন্না নুংশিখি মীনুংশিগা শাগোন্না।
পুল্লে ঙক্তা ঙসিদি মীনংশিগী থৌরিনা
ওইরে লৈহাউ মৈরানবি মিনুংশিগী মৈরিদা।
ফৃম্বংনবা রাখন্না পাঙ্গল থোক্ত্রা যোশেপ্তা
থৌনা লৈবি লৈহাউনা মথৌ তনহাপ হাপ্লুরে।
নুংশিবগীদমক্তা নুজা ওইবি কনানা
লেপ্লরবা মনাক্তা করম তুমিন খাঙগনি।

মালেমসিদা লৈরম্লোই নুপা ওইবা কনাসু
লৌরি শিংজা কাদবু থরায় থাগে হায়দবা।
হিংবদগী শিবনা শরুক চাম্মা ফরকপা
মীকুপ্পুনা লাক্লদি অয়ম্বদি লৈররোই।
নানি শিনি কিররোই অফা ফত্তা খল্লরোই
থম্মোয় মাগী লাঞ্জংনি ঙমদবদি লৈররোই।
পূকচেন্দুনা লৈহাউগী থৌনা হাপ্লে যোসেপকী
পাম্বোম রাংনা থাঙ্গৎলে নুপা থৌদাং উৎলক্লে।
নুংশি পম্বুং য়ৌরসি খুজেং পালোইনরক্লে
নুংশিবনা মাঙদা থা পাম্মুবীনা তুংদা ইন।
পলেম পম্বৌ তুংওইনা থাদোক্লম্লে মপাম লম
তাইবং কনা উদ্রিঙে নুংশি লমদম পাংলক্লে।
কোয়না পাইবা চেক্লানা থেংনরুবা পামেলদা
মতা চাবা য়েংদুনা য়ারেকফমবু ওইনেদো।
মকুম মথা লাক্লদি মকোন শাদা য়াদেদো
মমা ওইবি চাগোকফম নরা ওইবৈ য়োক্লফম।
ময়ুম মকৈ লৈতবা কোয়না চৎপা যোসেপসু
ময়ুম মকৈ পাল্লেদো মযুম লিংদা য়াদ্রেদো।
মপা মপুই হৌরকফম কাউরুরবা খুন্দুদা
মফম চাবা য়েংদুনা রায়ুম অমা শারেদো।
অপাম নুংশি রাইথুংনা নুংশি পম্বুং য়ৌরবা
শাবি শানৌ অনীদো পুন্সি লম্বী চৎলক্লে।
হিংননবা চাবা তাই চাননবা শুবা তাই
শুবা নোম্বা হৌরক্লে লৈহাউ যোসেপ অনীসু।

খুন অসিগী খুঞ্জাশিং লোইবি চীংদা কাদুনা
শুবা নোম্বা থক্তুনা ওইবি হিংনবৈ লম্বী।

উ য়ান্দুনা শীংজল্লি ই ফান্দুনা পৈশিল্লি
মদুদগী ফংলকপা শেনফমদুনা হিংনরি।
লম্মে কয়া থাদুনা উমং রামং কোকথোকই
চীংমায় কয়া শেংদোকই উরু উরা ফুক্তোকই।
শিং নাল্লবা চীংমায়দা পাম য়ান্দুনা শেম্মগা
মহয় মরোং কয়া থাই রিতু খোঙচং তুংইন্না।
নোংজু পম্বা মতমদা ফৌনানা ঈশং শংনা
মালংবগী তাম্বাদা পামদা শাথেক তম্নরে।
চীংনা ঈমা ঈপানি মচাশিংবু নাওকোনবী
অমা খক্তা ঙায়রবা লম্বী ওইরি হিংনবে।
ঈমা ঈপাগী মকাদা পাঙ্গল তেক্লা শুরগা
ফংলকপা হুমাংমন্না হিংজরিবা পুন্সিনি।
খুন অসিগী থোইদোকপা শক্তম অমা হায়রদি
পাংনা শানাবা হিংনৈ মখোয়তগী পোখোক্লা।
লৈহাউগী থরায় ওইবা যোসেপ কৌবা মহাকসু
ময়ামগী তুংইন্দুনা শুবা নোম্বা চংলিদো।
চারা চারা য়াঙ্গংবা নোল্লা নোল্লা লায়রবা
হৌনশানি হৌনশা পাঙ্গল তেক্লা শুবশিংগী।
লায়রবনা শুরগা ইনাকখুনবনা মফংই
ওক্লা রানা নীল্লগা মনা ফংই লমহূইনা।
কখোকপগী পুন্সিনি হয়িংখোইগী মপোক্তী
রানা শুরা নোঙ্গগা খোইহী লোকই খোইবুনা।
শেংপা চাবা তুংওইনা হুমাং তানা শুরিবা
হে থৌমী পাঙ্গলবশা হয়িংখোইনি নখোয়দি।
নখোয়গী শরুদগী শিঙ্করিবা ঈরিকশিং
থক্লীবনি তুমিন্না মপু শাবশিংদুনা।
পুরিবনি মালেমসে লেংবান্দুদা নখোয়গী

মালেম পুবা নখোয়না মালেমসিগী মপুনি।
খঙদবনা ঈশাবু তায়ওন্নরি তাইবংপান
শুরা নোল্লা হিংবশিং শিদে খাক্লা হিংনরি।
য়েংলু য়েংলু মায়কৈদা অরাৎপনা থল্লবা
মেল্লা মেল্লা হোরকপা লায়রবগী পুন্সিনি।
শুজৈ নোমজৈ যোসেপ্তো লায়রবদি হেল্লকই
লৈতা লায়রা রাখন্না লৈহাউ ফম্বা য়ারকত্রে।
চেনজৈ য়ুমথোঙ কয়াদা শুজৈ থবক অরৈবা
চেঙসু ফৌসু তৌজরুই অমগীদা য়ু থোংলুই।
মতমদমক হৌজিনখি পাঙ্গলদমক রাহৌখি
হেনজিল্লকই অশুম শুম লায়রবগী চৈথেংদি।

নৌজরিবি লৈহাউদো কুমজা কুমশিং য়ামলক্লে
শীংনবগা লোয়ননা যোসেপকীদা লৈরকপা।
নোংমতসু মপামদা মাগী খোঙ্গুল তারুদ্রি
যোসেপকী তুং ইন্দুনা লাকপা নুমিত্তুদগী।
কুমগী কুমহৈ মতমদা পলেম ওইবি মহাক্লা
খুদোন কয়া তল্লকই মমোমগীনি হায়দুনা।
পূন্নমক্তু য়েংলগা মমা মপা মবুংনা
মাবু নুংশিদবদি নত্তেদনা খঞ্জরি।
নোংমা মাবু শোয়দনা লৌশিনবিরকখিগনি
খঞ্জরিবা আশাগী লমজিং মৈরা ওইজরি।
লৌখৎপিদ্রিমখৈদি খোঙ্গুল তারোই হায়দুনা
অরা কোঙ্গায় খাঙদুনা থৌনা লৈনা লেপলক্লি।
অদুম্মক্তি ওইরগা, চোকথ নাইবা হকচাংনি
পূক্লিং বাখল হোংলক্লে ফিরেপ নৌনা লৌরক্লে।
ঙাইহাক মীকুপ খরদং থৌনা লৈনা লেপ্লসু

শউম কনবা নোংলৈদো মায়োক্লবা রারেদো।
অশুম শীৎচিল্লকপনা খোঙফম হন্দা ঙল্লকত্রে
লাইবক চাউবি লৈহাউসে খোঙফম হনগে খল্লক্লে।
মবুংতনা মচারা মাদি মচা নত্তরা
শাউনখরে হায়দুনা মচা ওইবা তোক্লদ্রা?
মমা মপাই মফমদৈ মচা অমা ওইবগী
ফংফম থোকপা খরদং লৌরগেদ খল্লক্লে।
অরা নুংঙাই তাইবংগী অফ ফত্তা অমত্তা
খঙজদ্রিবা অহুন্নি অঙাং নরা ওইরিবা।
পীক্লবা মচীনশিংনা লাপ্লে হাযনা কারকপা
মমা ওইবি থম্মোয়না কবন্নদি খাঙগনি।
মচাই হাক্কন অকনবা মমা ওইবি কয়াবু
ঈকায় ঈকি খঙহনদে শিনি নানি কাউহল্লি।
অচুম অরান থিরুদে অফা ফত্তা খল্লুদে
তুংওইননা ঙম্নমক থবায থাগে মহায়দো।
লৈহাউ মমা ওইবিসু মচাশিংগীদমক্তা
নিবা য়াবা নিরুরে লৈবগুবে হায়জফম।
হাউ হাউতবা থিদনা চাবা নোংখন্ননবা
তৌনদবা তৌরুবে চানদবা চারুবে।
থোক্লবা মায়োক্লনা শিঙমদনা হিংলক্লি
হিংনবগী লম্বীদি অশুম শুম খমজিল্লক্লি।
মঙাল মরীক উদ্রবা অমম্বগী পুন্সিনা
কয়াম কুইনা ঙাইখিনি যোসেপ মাদো হল্লকপা।
নুংশি লমদম থাদোক্লম মপাম মায়কৈ পাংলগে
পূক্লিং ফিরেপ লৌরুবা মশীং লাকঙমখিদরে।
অদুম্মক ওইদুনসু হল্লকপরা যোসেপতো
য়েংনীংবগী রাখন্দা লৈরকপনি লৈহাউদো।

অমবোমদা অমুকসু মপাম লমদম পাংবসি
তবাই তবাই যাদবা যাম্না বাবা খোঙচৎনি।
শোঙলা খুনগী লম্বীদা মাইল মঙা তকক্তী
পীক্লা মচাশিংদুগা খোঙনা হান্না চৎপা তাই।
জীপ গাবিমুক তোংদুনা, মাইল তবা চৎকনি,
বস অমুক্কা তোংদুনা মপাম লমদম যৌগনি।
লৈতে চৎমিন্ননবা খোঙচৎসিদা কনাসু
মদোম বাজবা তাবি চত্তা যাদ চৎলদি।
অঙাং অমা নমদা পো, অঙাং অমা পল্লগা
খুত্তা অমা শমদুনা মদোম তবক চৎপা তাই।
চহী মঙাতা মশুবি অঙাং অহন অদুসু
খোঙনা লাপ্পা চৎপদু খঙদ্রি ঙমগদ্র হাযবসু।
জীপ তোংদুনা চৎকদ্রা, ভাবানা কদাযদগী,
বস অমুক তোংবদনা, কদাযদগী কমদৌবাগ
হেক খল্লুবমক্তদা বাগদবা মযামসি
যৈথোক্লুনা লাকপনি মপাম চৎপগী খোঙচৎতু।
অমম্বনা কৃপ্লবি খোঙ থাংফম খঙদ্রবীদো
ঙাইজবগী অবাবা পংখৈ বাঙমা লানখবে।
খল্লে খনবা যাবমখৈ থোক্লীংবতা থোকসনু
মপাম লমদা চৎলগে চপ যুংনা লেপ্লক্লে।

ঈখং খংগুম লৈহাউদো হৌগৎলক্লে তফিংনা
নুংশিনা যেংলম্মী মচাশিংদা অমুক্তং।
কল্লা নুংশা মৈশাদা খুইথকবা লৈবাংনা
অহিং লীক্লা তাবগা অমুক তেকখৎলকইদো।
ঙসিগী অযুকসিদি লৈহাউ মাগী মায়থোঙদো
মহৌশগা মান্নদ্রে, ঈতেক তেকখৎখবেদো।

মমাঙ থানা নুংশিংবকী থবক ইনখাং লোইশিল্লি
পান্দুম খরা লৈবদু চাননবা ফুগ্তোক্লে।
মচাশিংদো হৌদোক্লে মমায় মমীৎ তাথোক্লে
পীজ-পীথক তৌবিরে, মফি মরোন শেৎপীরে।
লৈহাউ মাগী ওইনদি শেৎলিদুনা লোইজরে
চখোক খোগ্তোক্লবগী হোংদোক্লীংঙাই লৈজদ্রে।
লৈজরম্বা কয়াসু তম্বীরকপা খুদিংসু
চারা লৈত মেন্নঙে লোইনা চেঙগা ওন্নখ্রে।
লৈহাউ মাদি লৈহাউনি পামেল থক্তা শাৎলসু
নাম্পদবু ঙাল্লসু উফুল্লক্তা তীল্লসু।
ফিজেৎ লৈতেং য়াওদনা ফজদুনা লৈরবা
সনাতগী লৈহাউনি লৈশক মাঙবা লৈত্রবা?
শেৎলি চাবিবদুগা মহাক্কী মায়থোঙদুগা
চপ চানবু থোক্লরে ওম্থোক্লা ফজখরে।
অঙাং অমা নমদা পো, মখুৎ ওইনা অমা পম
যেত্তা অমা শমদুনা চৎলগে থৌরাংলক্লে।
মঙাল মরীক য়াওদ্রবা মল্লবা ঈমুংদুদা
কোয়না লৈনা অমুক্তং নীংঙমদনা য়েংলম্মী।
তৌগদবা লোইদুনা খোঙদোইরক্লে তপ্নবু
থোঙজীন কাম্থোরক্লগা তপ্না থোঙদু লোনশীনজে।
-'চৎলুখিগে নচাদি লৈবিরম্মু লেংদনা
আশা কয়া পুদুনা হনজরকে ঈমা ও।
নতম্বাক্তা হিংজব ঙমহনবিয়ু ঈমা ও
নশাইগোন্দা শিজব ফংহনবিয়ু পলেম ও।'
মশাইগোন্দা পুন্সিগী মরুম থূপ্না লৈজগে
খঙরিবা য়ুমদুবু শিন্নরম্লে 'মঙোন্দা'।
থাগোন্নজে থম্মোয়দা তাইবঙ্ভু শেনবিরিবা

ঈবুংঙো যিশু মাগী অথোইবা মিংলেন্দুবু।
মীৎয়েং তান্না য়েংলক্লে মপাম লমদম তম্লক্লে
খোঙকাপ নাহুই তমদুনা লম্বীরোমদা থোরক্লে।
অসুম অসুম লাকপনা থোঙ্গাল তুংওইনরল্লে
মচাশিংগা লোয়ননা খুনগী লম্বী তারক্লে।
হন্না মুক্তুং য়েংলম্মী মদোম তরক ঈচীক চীক
কায়নরনি মতাগুম লেপহৌরিবি খাঙপোক্তো।
লোইবি চীংদা শাৎচবী নীংথিজবী লৈহাউদো
মচাশিংগা লোয়ননা মপাম মায়কৈ পাংলক্লে।
নরা অমা নমদা পো, নরা অমা ওইনা পম
খুৎ য়েত্তনা অমা শম খোঙকাপ নাহুই তমলক্লে।

মায়কৈ মায়কৈ খুদিংদা চীংনা কোয়না পনঙাক্পা
চীংদুম অমখক্তনি লৈহাউনা য়ুম্বাল্লিসে।
যুম্নাক কুম্প্রাখক্তনা খুন্নি পীক্তক তাজবা
লৈবাক্কী কোনুংদগী মাইল য়াঙ্খে লাম্পদা।
খুন তাবা হৌরকখিবা চহি চাম্মা হাযরক্লে
অদুবু খুন অসিদি লৈরি শকফম তোংদনা।
নুমিদাংগী মতমদা য়াম্না লাপ্না তাম্না উই
ইলেকট্রিক্কী মঙান্না মুসি মুসি ঙানবদি।
খুনসিদদি যৌরক্ত্রি চাউখৎপগী মঙানসি
লাক্লবগী আশাদি মমি ফাওবা তমদরি।
লৈবা ফংদে কেরোসিন ফংলবসু লৈঙমদে
ফংবা লৈতে ঙসিফাও ফংফম থোকপা চাকথুংশিং
নুমিদাংগী মতমদা খুনগী ঈমুং খুদিংদা
অমম্বা কোক্লনবা থন্নে মৈজাউ থাদুনা।
লোক্তগী চেম্বরকপা লুরা শেংলা ঈশিংনা

থকপা চাবা লুজবা পূন্নমক্তা শিজীন্নে।
খোঙনা লাপ্না চৎলগা লোক্তে ঈশিং শোকইদে
খুৎপু খুৎপু শেন্নগা ঈশিং শোকপা চৎনৈদো।
রাগী উতোং কয়াদা লাইজা থরায় হাপ্লগা
শমদা থন্না হাপ্পুনা মরান য়াইদা পুরকই।
মহৈ মশিং তম্নবা অনা অয়েক য়েংনবা
মাইল তরামঙামুক লাপ্না খোঙনা চৎকনি।
খুনসিগী অঙাংশিংগী মহৈ তম্নশঙ অমা
শারিবনি হায়দুনা হৌগৎলক্ষ্মী সরকারনা।
য়ুম্বী মখোঙ য়ুংলম্লে ফক্লাং রাচেৎ খারম্লে
য়ুমথক্তুদি কৃপলমদ্রে ফক্লাং রাইশু তৈরমদ্রে।
থাবুম কয়া হৌখরে কুমজা কয়া লেনখরে
শাবিরম্বা মহৈশঙ লোইবা কৌবা লৈখিদ্রে।
লৈরি লেপ্লী ঙসিসু নরাশিংগী মহৈশঙ
নাপী শীংবী মরক্তা য়োম্মদুনা উরীনা।
মখল মথেল কয়াগী তীন কাঙশিংনা য়াকায়রি
পোম্বী চেক্লা কয়াগী কায়দোংফম্বু ওইনরি।
খুনসিগী নরাশিংদি অহনশিংগী য়াথং ইন
মথৌ শিন্থা পায়রি মহৈ তম্বা শংদরি।
মহৈশঙগী ওজাশিং নোংমা লাক্লম্বদগী
অদুম হল্লকখিদরে অমুক্তুনা লোইখরে।
শোইখক্তুং তৌবদুনা মথৌ তৌবা শক্লদুনা
লৌরি থাগী কায়দনা সরকারদগী খুৎশুমন।
মহৈ তম্বা পামজবা মমা মপা ওইবশিং
তমহল্লি মচাশিংবু সহরগী স্কুলশিংদা।
খুন তাবা হৌরকপদা শেমখিবা লম্বী মচাদু
খুউ মথক লান্নবু নাপীনা পূমকৃপ কৃপখ্রে।

*লৈরি উরিবশিংনা রারী পীরি খুনসিগী*
'সরকার পাল্লি হায়বগী মমি তাদ্রি খুনসিদা'।
খুনসিগী প্রজাশিংনা সরকার পাল্লি খঙবসি
মীরেপ মীখল মতমদা থিরক্লবতদনি।
হৌখিবা চহী কয়া নোংমতা লাকখিদ্রবসু
মীখলদদি লাক্কুনা অচা অথক য়েঙ্গরে।
কোংলরে য়ু যন্দং য়েন, য়েল্লে কম্বল অঙাঙবা,
য়ুমথোঙ খুদীং য়েল্লে শেন, নুংশি হায়রে চঙদুনা।
মসিদসু নত্তনা যিশুগী মিং পন্দুনা
রাশক কয়া শক্লরে, থাজবা কয়া পীরে।
মীখল হেক লোইখিবগা অদুম লোইরে রারীসু
মশক মশা উখিদ্রে মরা মপাউ তাখিদ্রে।
লৈতৃম তাগুম ঈশিংদা ঈথক ঙাইহাক কারগা
ঈতিনখিগুম ঈপাক্তা স্বায় স্বায় হেক্তা মাঙনখি।
হৌখরে মীখল কয়া লানখরে মীবেপ কয়া
শকলম্লে রাশক কয়া পীরম্লে থাজবা কয়া।
কুমজা কুমসিং কয়াসি লাইয়েকপগী খুযেক্কুম
মশক হোংদা লৈরক্লি খুঙ্গং মচা অসিদি।

তপ্লবসু লেপ্তনা অশুম চৎশিল্লকপনা
অশুম তুংওইনরক্লে নুংশিরবা খুঙ্গংসে।
পোখা পোখা লাকপনা জীপ থাফম য়ৌরক্লে
কয়ামসু ঙাইরম্লী, জীপ গারিদি লাক্লমদ্রি।
নীংশিংলক্লে লৈহাউদো গারি থাফম য়ৌবদা
গারি ভারা পীনবা শেন য়াওদরি মঙোন্দা।
খুন্দে খোঙনা লাকপদা থেঙনরক্তে অমত্তা
খোঙবু ওইমিন্ননবা খঙনা চানা কনাসু।

গারি থাফমদুদসু উদে লৈবা কনাসু
লেপ্পী মচী অমদা, খল্লি করি তৌশিগে।
তীল্লম্মীবা ময়ামদো লাঙনরক্লে খঙহৌদা
লাপ্না উরকপদগী জীপ গারিনা লাকপদু।
গারি কন্না থৌরকই হাইনা হুন্না চেল্লকই
মল্লা উফুল মপৈনা মনিংদবু ইন্নরি।
চৎলম্বশিং লম্বীদা মাঙখি উফুল মরক্তা
ঙহাক লৈরা উরকই শুক্তোক্লগা লেপলম্মী।
মমাঙঙৈগী মতমদা বস থাফম সোরোক ফাওবা
মাইল তরা হেন্নবু খোঙনা চৎনরম্মীদো।
চহীমুক্কী মমাঙদৈ জীপ গারি চেল্লকঙৈ
খোঙনা চৎপৈ অরাবা খরা মখৈ শাফরে।
পীশক পীকপা লম্বীনি অকুৎ অতোঙ নাইরবা
খুজেং য়ৌই উফুলনা লৈকংলাগী পাংখক্লি।
ঈচায় চাইরি নুংদুন্না ঈকং থাগী খোঙনুংগুম
ঈথক হৌরা ঈপাক্কুম উরি লম্বী অসিনা।।
নোংজুথাগী মতমদা ওইবা ফিবম অদুদি
অকিবগী মশক্লি, থাবতনা রাৎলনি।
হৌখিবগী মীখলদা মায় পাকখিবা মীরেপ্পা
লম্বী অসি শেল্লনি লাউথোকপিরল্লবনি।
হায়নখি শেন কাইথোক্লে, তাখি লম্বী শেল্লনি
মতম খরা লৈরগা থিকা মুন্নে হায়নখি।
লোন্না শেন লৌথোকখরে, খরা লৈরা তান্নখি
খরনিগী তুংদদি অদুম তুমিন লৈনখ্রে।
লম্বীদি হান্নগুন্না মচী লেংদা লৈহৌরি
মীয়ামসু হান্নাগুন্না অরা চৈনা থাঙনরি।
গারি ঙাইফম অসিদা নোংজু নুংশা থাঙনশঙ

*শারিবনি হায়দুনা থবক শূবা হৌরখি।*

*লানহৌবা খুৎপুশিংনা শেন পীয়ু কিহল্লরে*

শেন পীয়ু য়াদ্রবদি কাপথোক্কনি হায়ররে।

শঙ শাবদি লোইরমদনা থাদোক্তুনা চেন্নখি

থবক শূবা লাকপশিং থরায় মাঙবা কিবদে।

মদুমদি হৌজিকসু লম্বীসিগী চিদাইদা

মদোম তরক লেপ্তুনা অরোইবা পুংজা ঙাইরি।

লৈমায়দুদি উখিদ্রে হৌজীনখিবা নাপীনা

অশুম মোৎশীনখিবনা মচী অমতা ঙায়রে।

অশুম থৌজিল্লকপনা য়ৌশিল্লক্লে গারিদু

খামফমদা হেক লেপ্পগা গ্রুং হুপচিনখি মীয়ামদো

হানবা তান্নে কাখৎপা নংহৌররোই মতানি

থুনা য়াঙনা কাখৎনৈ ফমফম থিরা ফম্নরি।

অয়োনপোৎ পুবশিংসু হাপকৎনরি পোৎলমশিং

ঙহাক পুঙ্গোয় তুংদদি কাবা হাপ্পা লোইখরে।

কুমহে য়েংলি লৈহাউদো তৌফম লাকফম খঙদনা

মওন মওন খঞ্জরি করি তৌসিগে থিরি।

অকাউশীংদা চনখ্রবা কনাগুম্বে মায়থোঙদা

মীৎয়েংফম্বু ওইরুরে মুন্না য়েংজে তুমিন্না।

হৌখ্রবা পুন্সিগী খুমজিনখ্রবা চেনাশিং

হাংদোক্তুনা অমমম থরায় য়াওনা য়েংলুরি।

লংলা লংজিন ফংলেদো রাখন কিশি থোক্লেদো

খঙলে মহাক কনানো অতৈ কনা নৎলমদ্রে।

মবুংগীনা মরূপনি মহাক্কীনা তাদনি

তোয়না তোয়না লাক্তুনা লৈরখিবা তোম্বনি।

চহী তরেৎ হৌখ্রগা উন্নরবা ওইরসু

মাবু লুনা তৌবনা মশক খঙলি নীংথিনা।

চমন্ননা লৈরিবা লৈহাউ মাগী রাখনদা
নোংথাঙগী মতৌগুম্না মঙাল অমা ফাউরক্লে।
অরা পূম্বা কাউদুনা থাজগুম্বী মায়থোঙদু
খরা খজিক লেঙদুনা খোয়রুম মোমোন মতৌজে।
পোৎ হাপ্পা লোইরদুনা চিখা নাম্বা য়েংলিবা
মৈতৈ তোম্বগী মীৎয়েং লৈহাউদবু তাররে।
মীৎকা মীৎকা চান্নরে থম্মোয় থম্মোয় ফাওনরে
খোয়রুম মোমোন তৌনরে খোঞ্জেন খোক্ত কৌনরে।
চঙশীল্লক্লে তোম্বদো মুন্না য়েংই লৈহাউদা
-নঙবু লৈহাউ নল্লনে? ঐনা লাল্লবরনে?
ঈকাই নুংশি য়ান্ননা য়েংজৈ লোন্না মীৎচিনা
-মান্নি ঐনি তা তোম্বা , ঐসে লৈহাউ মান্দ্রব্রো?
-নঙদি পূমওন ওল্লল্লে থায়নৈ লৈহাউ নৎলমদ্রে
নঙগী নতৌ অসিদি মঙলা হায়না খল্লেনে।
পূন্নমক হোংখ্রবসু লৈহাউ মাদি লৈহাউনি
লৈশক মাঙলমদবনা নীংশিংলকপগী বাতনি।
অদু নৎলমদবদি কনাই য়োং হনুবীনো
তম্নরিসিবু হায়দুনা হন্না ফাও য়েংলম্লরোই।
-পুন্সি হায়দো সিনিনে লেপ্পাইদনা হোংলিবা
ঐনা করি ঙমগনি মপু মাগী থৌশিন্নি।
নচা ময়াম অসিগা কদায় চৎকে হায়রিনো
গারি অসি ঐগীনি হিংননবা থৌরিনি।
-ঈপাম চৎকে তৌবনি ভারা পূফমসু লৈত
তৌফম লাকফম খঙদরে তোক্লসিরবসু খল্লি।
-খল্লুরনু করিসু তোম্বা ঐ লৈরিসিদি।
ঙাইখোনে রা হংখিগে সিবু অহন্দুরনে?
-নত্তে অনীসুবনি, ঈচানুপী অহন্দু

*খোঙহামদুনা লৈখিদ্রে হৌখিবা নিংথমথাদা।*

-খোঙহাম্বা হায়বসিদি লাইয়েংলগা ফবনি
নঙগী অঙাং অদুদি লাইয়েংহৌদ্রবরা?
-য়েংহনবনি মাইবদা, কৈশু তৌরোই হায়রগা
ঙম্লরোইবু হায়বুদৈ পুখৎপনি দাক্তরদা।
লম্বী ফত্তবদুনা গারি চংউ য়াখিদে
অনাবদু পোদুনা খুন্দে খোঙনা থোরকখি।
লাইবক থিবি ঈচাদো লায়েংশঙ য়ৌখিদরে
হোৎনজবা পুম্বদো অরেম্বদা তাখরে।
-নঙগী ঙাক্তা নম্রনে অঙাং অহুম অসিবু
নমদসু অমা পোরি, খুত্তসু অমা পল্লি।
-মান্নি, ঐগী ঙাক্তনি, সিবু ঐনা খঙবরা
ঐনা পোক্লোই য়াবরা মপু মাগী থৌশিন্নি।
-যোসেপ্টী করি তৌরি উখিদবা কুইরেদা
মহাক য়াওরকত্রিবদি করি থবক শুহৌরি?
-শেন তাল্লুনি চৎখিবা থাবুম অহুম ফারক্লে
শেন থারকপসু লৈতে মপাউসু তাখিদরে।
অঙাং নরাশিংসিগা থবক শূসি শূঙমদ
চানিংঙাই লৈতদনা ঐদি য়াম্না রারেদা।
পীক্লিবা নরাশিংসে চরা অসুম হেল্লদি
শিবা তারে হায়দুনা চৎলিবনি ঈপামদা।
-অচাপোৎ লৈবীগেবু সুরাইদদি য়োন্দেনে
আদা বস থাফমদুদা লৈবিরগে ময়াম্মা।
-বসকী ভারা পীনবা পৈশা খরা পীয়ুনা
হল্লকপদা ঐগ্বকনা অমুক হন্না পীরমগে।
-করিগী শিংলকপনো নঙ লুহোংখিদবনা
করিসু তম্বীখিদ্রি খুদোন ওইনা পীরগে।

চঙশিন্দুনা তোম্বনা অঙাং অমা লৌবীরে
অঙাং অদু পমদুনা তোম্বা গ'রি তমলক্লে।
অঙাং অমা নমদা পো, খুৎ য়েত্তা অমনা শম
তফিং তফিং লৈহাউদো তোম্বগী তুং ইল্লক্লে।
তোম্বা লৈহাউ অনীগী মতৌশিংদু উবদা
গারিদগী ময়াম্না ঙক্লদুনা য়েংনরে।
পোৎলূম্না নম্বদুনা খোঙ থাঙবা থোক্লমদ্রবি,
মাঙ্গী লম্বী উদুনা রাখন ইয়াং য়াংখরে।
প্রভু যিসু মহাক্লা উবিদুনা অরাবা
তেংবাংবিরক্লমাল্লে থম্মোইনুংদা খঞ্জরি।
মপাম লমদম নুংশিবী উররোইদ্রা খল্লম্বী
য়ৌরনি খল্লুবদা ঙমখৈ লৈতা নুংঙাইব্রে।
তুংথা মাঙথা লাকপনা গারি মনাক য়ৌরক্লে
গারি মনাক য়ৌবদা উরে তৌরল্লিবদু।
মী য়াম্না চন্ননবা অনীরক শমদোক্লবা
জীপ গারি অশাংবদু মীনা পূমচোল চোল্লল্লে।
নুপা নহা খরদি তোংলি বোনেট মথক্ত,
মখোয় খরা অমসু তোংলি বোদী মথক্তা।
চীল্লা মীরক অদুদা লৈহাউবুসু ফমহল্লে,
অঙাং অমা মাঙদা পম গারি থৌবা হৌরক্লে।
মীনা পরেং ফমজিনখ্রে বোনেট মথক অদুফাও
মচেৎ খিত্তা ঙায়হৌরে মীৎয়েংফমগীদমক্তা।
তোম্বদদি লম্বীসি চীন্দা পুরে ঙম্নমক
অহোবদা য়েংদুনা জীপ গারি থৌগৎলক্লে।
অশুম্না থৌদৌব্রিসি মাইল তরামাথোইনি,
অদুদগীদি লৈরে থাউ চাইরম্লবা লম্বী।
থাউ চাইখ্রে হায়বতনি, চহীবু ওন্দ্রিবঙদা

নুং পুম্বা পাইথোকখরে কোমজাও ঙাক্তা ঙায়খরে।
ঙেক-ঙাক ঙেক-ঙাক থৌধরি, মকোক উরু-রু ঙাউরি,
থোক-থাক থোক-থাক নোম্নরি খুৎপায় চেৎনা য়ান্নরি।
অশুন্নবু থৌরিঙৈ মিনিত কুনগী লম্বীসি
পূং অমদি মচঙলে, উপায় লৈতে করিসু।
অসুম অসুম থৌরকপনা খাল্লরে বস থাফমদা
কুমথনরে ঙন্নমক মচাশিংগা লৈহাউসু।
পুসিন্দুনা তোম্বনা হোতেলদবু ফমহল্লে
অচা অথক লৈদুনা কয়া অমা পীজরে।
লুপা য়াম্খৈ পীদুনা বিদায় তৌরক্লে তোম্বা
-সে লুপা য়াম্খৈসিনা ভারা ওইনা চৎখরো।
-য়াম্মনখরে তাতোম্বা করিগীনো লৌরোইদা
ভারা পীবা কোন্নবা অদুখক্তা লৌগেদা।
-লৌশিল্লো শে য়ামসনু, লুহোংবগী খুদোন্নি
কয়াম কুইরে নহাক্কী ঈপাম য়ুমদা চত্তবা?
-চৎলুদবা কুইরেদা লাকঙৈদগীনি অসিদা
ঈমা ঈপা ঈবুংনা ঐবু ঈহ্নোকপননি।
-অদুদি য়ুম খঙলরোই চীংথক্কী খুন অদুদি
নাগা কুকি ঈরাংদা মৈনা তুম্না চাকখরে।
মহৌশাগী কুমফমদা কুমথরগা নহাক্লা
চীংখোঙদুদা উরনি নৌনা খুন্দাবগী য়ুম।
খুনজিন হেক লানশিনবগা হংঙু অদুম খঙলনি,
চৎলো গারিসু লাক্লে শোয়দা ঙামদা য়ৌরো।
-ঐ চৎলেকো তা তোম্বা হল্লকপদা থেংনসি।
রাহৈশিংদো লোইববু নংখিদরে লৈহাউদো
মমায় লৈথোক্লদুনা গারি বসতা কাখৎপ্রে।
মচাশিংগা লোয়ননা মথক হেক য়ৌবগা

লমথুংফমগী মায়কৈদা বসতো থৌবা হৌরক্লে।
-মসি নুপী অসিনা মচা ময়াম অসিগা
মনূং খরা চঙলগা লেপলুচোনে, মনমসিগ...
থেংলক্কনি মতাগুম চেপশিল্লগা মশাদু
মশা নানবা অমনা শুক্তোক্কুনা হায়রকই।
লৈহাউ লাইবক চাউবিদো মচাশিংদো লোইশিনজৈ
ফীবম খজিক শেল্লগা তুংদা খরা হনজিনজৈ।
শকহেনবিনি খনজবি পীসুম য়েকপী অমসু
হৈনদবা মতৌদা 'উম' হায়দুনা লৈথোকখি।
অঙাং অমা নমদা পো, অনীনা খুউনা চপ,
খুৎ য়েৎনা য়োৎচৈদা য়ান গারি তোংলি লৈহাউদো।
ঙাঙলি তৌরি পূম্বদু রারৌরসু পূক্লিংদা
লাল্লুরবা মীগুম্না তুমিন অদুম তাজরি।
তাবগুম্না তৌবকই 'চীংথক্কী খুন অদুদি
নাগা কুকি ঈবাংদা মৈনা তূম্না চাকখবে'।
নীংশিংলুই ঙহাক্কুদা পুন্সি কয়া হাৎখ্রবা
নাগা-কুকি অনীগী কাঙলূপ নাইবগী লাম্হেং।

চীংদা চাকপা লম্মৈনা নুংশিৎ মায়ওন তুংইন্না
য়োৎলগে মতাগুম থুনা য়াঙনা শন্দোকই।
লম্মৈগুম্না শন্দোবকপা তমথীরবা পাউনা
ঈংনা চীক্লা লৈরম্বা থম্মোয়শিংবু মিপাইহল্লে।
কল্লা নোংলৈ শউমদা ঈপাক লাইজা ঈমাযনা
নীক্লা হাইনা খাঙবগুম মিপাইহনখি থরাইশিং।
অনী পূল্লে মঙাঙনৈ অহুম শুরে মশোন্নৈ
মৈ থাখরে খুন কয়া চাকখরে তাঙ্গোয় তানা।
লমগী শা অঙাউবদা শিননবা কাম্পগুম

*চেঘোরকপা কাঙবুদা মশীং খঙদা কাপশিল্লে।*
মৈ কিদুনা চেল্লগা নোংমৈ মপা চুল্লুরে
খাঙদা শারে হায়দুনা মৈনুংদবু চোংশিল্লে।
পাল্লে নোংমৈ মরূনা শিরে শোক্লে মীচমশিং
মরাল লৈজদ্রবশিং চৈরাক চৈথেং ফংনরে।
শিরে পুন্সি কয়ামা মমল লৈত লৈতনা
শিঘ্নরি অঙাঙবা ঈ মরম চাদা চাদনা।
খাঙলি অনা চৈনাখোল ওন্না থোইনা লৈমায়দা
শিরমদাইগী থরায়না অরোইবা মীকুপ ঙাইরি।
পাঙবা ঙমশিল্লত্তুব্বা মমীৎ অনী অদুনা
থিরি পাউথুম অমত্তং মানা শিবগী মরম।
শিঘ্নরি মীৎলুদগী রারৌবগী পিরাংনা
'তমথীখ্রেদা মীওইবা শাদগীসু হেল্লিদো'।
ময়ুম মাঙহনবিখ্রবা তোল্লা তারা জীবশিং
চেল্লি চোংলি থিনরি চঞ্জফম শৈদাংজফম।
খাঙউথক্তা ফংলবা খুৎশেমগী নোংদমখোন্না
পখ্রা লুখ্রা ওইরেদো লমজা শরা তারেদো।
উরি মীৎতা শংশঙনা মৈচাক ফনা চাকখিবা
কনবিনবা লৈতনা খুন কয়া তুমখিবদো।
তাখি খোঞ্জেল নোংমৈগী কাপখিবদো মৈরক্তা
তাখি মীকপ মীরাউখোল নিনখিবদো অদুঙৈ।
শূরা নোল্লা হিংজবা খুঞ্জা লীশিং কয়াবু
করি মরাল লৈবগী পীবিরিবা চৈরাক্লো?
লেংঙমদনা লেংলিবা চীনবান অনী অদুনা
হংলি বাহং কয়ামা খোঞ্জেন মত্তা য়াওদনা।
মরাল লৈতা হাৎলবা মমল লৈতা শিরবা
থরায় য়াওদ্রা হকচাংশিং তারি মপু লৈতনা।

হংলি রাহং কয়ামা শা ওল্লবা মখোয়দা
'থুংলবরা অনীংবা ফংলবরা অপাম্বা'?
পাউথাঙ ওইনা তারম্বা রারী ওইনা তৌরম্বা
তমখিরবা থৌদোকশিং মীৎমাঙদসু থোক্লখি।
অকি তুজুং পোক্লবা থম্মোয় মচেৎ তাহনবা
থৌদোক অমা থোক্লরে নোংমা চীংথকী খুন্দা।
নুমিদাংগী অমম্বা কোকহল্লগে মতাগুম
মৈচাক ফনা চাক্লখি মৈরি রাংনা কারকখি।
খোম্বাং য়ৈনা তারকখি নোংমৈ কাপ্পগী খোঞ্জেল
কীম্বরগুম  তৌরকখি চীক্লম্বা অতিয়াদো।
অকি তুজুং পোক্লবা মীকপ মীরাউখোনতনা
পূমনিল নিনখি অতিয়া থেঙলা অহিং অদুদা।
কিরবা অহিংদুদা শোল্লবা থরায়শিংনা
চর্চকী মমাঙদা পূনখি থম্মোই তনিক তনিক্লা।
-অশুম্না তৌবশিবু করি পান্দমগীনোনে
কবি ঈরাল লৈবগী অরাবসি নংবনো?
খুৎলাই পায়বা লান্মীনা খুঞ্জাশিংদা লান্দাবা
অহন লমন খাক্তবা নুপী অঙাং য়েংদবা।
মরাল লৈতবশিংবু হাৎপীরগা তমথীনা
করি পান্দম তাল্লিবা করম্না ফংদৌরিবা?"
-ঙসি ঙসি থোক্লিবা মালেমগী লানফমশিংদা
লাম্থেঙনৈ লান্মী মশেল শোকহন্নদে প্রজাশিং।
মহৈ তমফম লাইয়েংশঙ লাইশঙ লাইব্রেরি মিউজম
লান্দা য়াওদে শোকহনদে চৎনবিনি তাইবংগী।
মতৌসিদি মখোয়গী শামরক্লি ঙামরক
ঈশ্বরনসু য়ারোইদা মখোয় চৈরাক ফংগনি।
-করি পান্দম ফংনবা অশুম্না তৌবনোনে?

মীবু অসুম ওৎলগা করন্না নুংঙাইবনো?
-ঙসি ওৎলি ঐখোয়বু অরাফমদা তাহল্লি
ফংলখিনি মখোয়সু শরুক থুংলখিনি।
-তৌরিবা থৌদৌশিংশে মুখৎকে হায়বগীনি
জাতি অসিবু তৃম্না ঈরমদম অসিদগী।
পান্দম অসি ফংনবা য়ুম কয়া মাঙহনবনি
খুন তাঙোয় তাহনবনি তাম্বোকপনি খুঞ্জাসিং।
মীরোন কয়া লৈরক্লবা কুকি জাতি ঐখোয়বু
নাগাশিংগী লমদমদা য়ুমদাংলবনি হায়রি।
লোন্না চঙশীল্লক্তুনা শৈদাংলবা কুকিনি
য়ুমদাংবনা কৈনারে মখা লৈবা য়াররোই।
হৌরকফমদা হনজখ্রো লৈরনু মফমসিদা
অসি পান্দমসিগীনি মখোয়গী থৌদৌশিংসে।
-করি রানো অদুদি মখোয়না হায়শারিবা
মখোয় ঐখোয় খেৎনদে অহান অকোনগী রানি।
হান্না লাকই হায়দুনা মপুনি হেক মহায়বা
মখোয়তনা হায়বনি চৎনবদি য়ারোইদা।
মহৌশা লাইরেম্বীগী মমল নাইদা খুদোন্নি
চীং লোক উরা শা উচেক ঐখোয় পূন্নমক্কীনি।
ঐগী মীগী খায়দুনা ঐখোয় লম্নী হায়রিবা
ওইসু ওইরোইদবদা পংহায় হায়বা রানিদা।
তাম্বোক্লগা ঐখোয়বু মখোয়গী লৈবাক অমা
লমদমশিদা শেমগনি হায়রিবসি মঙলান্নি।
ওইরোইদবা আশানি নুংথিলদা মঙ মঙবনি
মঙফাওনবা ঙমদনা মঙলাক্লরনি মখোয়।
মশাগীতা খনবদা অতোম্পগী উদবা
ফুদিত্তা মাঙজোং চোংবা কুঞ্জা কাওখায়রনিদো

-মখোয়না মঙ মঙলগা রাহনবদি ঐখোয়বু
চুমদবা থবক্লিদা ঈশ্বরনসু ঙাকপীরোই।
-করিগুম্বা খরদি তৌহৌবনা চুমগনি
মখোয়তনা ঙম্বরা ঐখোয়দি মী নত্রবা?
-ফত্তবা থবকশিংগী পীগদবা পাউখুমসি
প্রভুনা পেনবিনবা অফবনা পীরসি।
-পূম্নমকপু ঙাকপীয়ু, অরাফম তাহনবিনু
খঙজদবা ঐখোয়নি কনবিয়ু প্রভু, অমেন।

অমম্বা অতিয়াদা ঈরং লংনা উরম্বা
মকা ফল্লম্বা মৈরিশিং উনা উনা মুথখ্রে।
তাঙ্গোয তানা চাকখবে যুম-কৈ পূম্বা তুমখবে
অহিংসিনা অমম্বা য়োৎশিনখরে পূম্নমক ।
থম্মোযদা হৌবা মৈদী মৈরি থোক্লা চাক্লক্লে
শোকখিবগী চৈনাখোল অশুম শুম কল্লক্লে।
মঙলান অমগীদমক পুন্সি বলি তৌবিবে
তাখোকপীরে মখোয়বু মযুম্মক্তদগীসু।
কাং-খোং চাইহনবিববা তোল্লবা জীবশিংনা
লোনবি অমম্বদা হিংনবগী চঙজফম।
অশি-অনা কযানি অশোক অপন লীশিংনি
হং কযা তুমখবে খুন কযা মুৎখরে।
গুন্নবর্বদি রাওে আওক ংখোম তৌনবি
ঙবাংনা নাগাশিংনা ঙসিনা কুকিশিংনা।
নাগা লানহৌবশিংগী কল্লা থৌনা লিংজেন
তৌবা ঙম্বা শক্তীশিং উৎলি কুকি প্রজাদা।
কুকি লানহৌবশিংগী অশাউ মৈরি মরক্তা
ওন্না থোইনা খাঙনরি নাগা মীচম লীশিংনা।

মমা মপা কয়ামা মফম খঙদা হাৎপীখ্রে
মচা ওইবা কয়ামা মফম খঙদা মাঙখরে।
মমা মপা কায়নরে লমজা ওইরে কয়ামা
মচা মশু শেৎনরে মমা মপা লীশিংনা।
মমা মপা ঙাইজরি মচা ওইবা কয়ামা
মমা মপা কয়ানা মচা হল্লকপা ঙাইরি।

নীংতম্লবা ভারতকী নীংতম্লা অতিয়াদা
পাইরি ফিরান নীংতম্না নীংতম্লে উৎলদুনা।
নীংতম্লে চাউথোকচরি মীনাই কোক্লে হরাউরি
নীংতম্না শেমগৎচরে নীংতম্না চাউখৎচরে।
মীমান্নবা ঙম্লনি মখৌ পোঙনা ঙাঙশক্লি
লেংঙানবা ঙম্লনি খুদুম শীংনা লাউথোংলি।
চীংনুং মান্নুং খুঙ্গংদি মহৌশাগুম লৈরিদো
চাবা থকপা ফংদনা ফিজেৎ ফিগায় শেত্তুনা।
লায়রবগী লীপূন্না পুল্লি চেৎনা মখোঙদা
লৈতবগী পঞ্জাউনা থৎলি মাঙদা রাংনা।
শূফম নোমফম লৈতনা লৈফম চাফম খঙদনা
হিংলি থরায় কয়ামা অমম্বগী পুন্সিদা।
হিংননবগী হিংলি শিননবগী পোক্লি
পোৎলূম ওইরে হিংবসে থারগেসু মঙমদে।
হিংবৈ খারা মহাউসে তংলোই হায়সু ময়াদে
পামদা পামদা হিংনরি পান্না পান্না শিঙমদ্রি।
লায়রবগী য়োল্লীংসি থদৎত্রীবা ফাওবদি
মপুং ফাদ্রি নীংতম্বা লোইশিন্দরি নীংতম লান।
ঙমখৈ খায়দোক খায়জিন্না লৈঙাক শিন্দোক শিনজিন্না
পুরক্লিবা নীংতম্বা মীয়ামগীদি য়াওদেদো।

অরৈ লৈত খায়দ্রবা অপঙ অশিঙ নাইদ্রবা
মতমদুগী ফংগনি মপূং ফাবা নীংতম্বা।
শূরা শূরা লায়রবা চারা চারা য়াঙ্গংবা
লৌফম লৈতা লৌমীনি শিনশঙ লৈত শিন্নীনি।
তেক্লা শুজে মনাইনা ফম্না ফংই মপুনা
মপু মনাই নাইবনা অরৈ লৈতা খায়বনা।
'ফংখিদ্রবা লাইবক্কি লায়রবগী মপোকসে
তোনবদগী তোল্লবা হিংনা হিংনা শিরবা।'
থাজনবি খুদুং ইন পুন্সি কয়া মাঙনরি
রাখল লৌশিং ফকচিল্লে পাঙ্গল থৌনা মাঙহল্লে।
হিংনা হিংনা শিনরি শিনা শিনা হিংনরি
হিংনা হিংনা হিংনিংলি শিনা শিনা শিনিংলি।
খঙদবগী লিপূনসে লৌথোকখিদ্রী ফাওবদি
থোঙমান্নবা ঙমখিরোই নীংতম মপূং ফাখিরোই।
লমগা লমগা খেন্নৈদো মীগা মীগা মান্নদে
অসি ফিভম অসিদা নুংশিননি করম্না?

চহি কযা কয়াদৈ নুংশি চান্না লৈরক্লী
নাগা কুকি অনীসি ঈমা লৈবাক অসিদা।
জাতি মান্নদবগী খুববা বাখল্লোন্দা
অসুম সুম চাইশিল্লক্কি য়েংথিননবগী হূ।
জাতি অমা শেম্নবা জাতি কয়া তকখাযরি
মান্নদবা ময়াম্না অমা শেম্নি হোৎনরি।
লৈরাং লৈখল কয়ানা নাচোম অমা শেম্বগুম
জাতি কয়া পুল্লগা অমা শেম্নী হোৎনরি।
লৈরাং মাদি লৈরাংনি নাচোম মাসু নাচোম্নি
শাৎচসনু লৈরাংসু ঙানজসনু নাচোমসু।

লৈরাং লৈখন কয়াসে মহৌশাগী খুদোন্নী
নাম্পদবু ঙাল্লিবা নাচোমসিদি খুৎশেলী।
নাচোম্নবু লৈরাংগুম শাৎপরনে লেখোক্তা
শাৎচবনি মহাক্তী গল্লাগন্তা ফুগায়না।
ওইরোইদবা মঙলান্না হূই হৌদোং ওলহনবিরে
অউ অউ পীক্লরে থেংনা থেংনা হাৎনরে।
মীফা মীপুনগী থৌদোক মীহাৎ মীশৃগী রারী
খুরক হাংদা থোক্লরে মীকৃপ পৃংজা কাঙখিদ্রে।
লাক্লে নোংমা থাজদা খুৎলাই পায়বা কয়ামা
লৈহাউখোয়গী খুঙ্গংদা ঙাক শেন্নি হায়দুনা।
খুনগী চর্চ্চ ওইনরিবা অহাঙবা শঙ অদুদা
লৈফম চাফম ওইনরে মতম কক্তনা লৈররে।
খূৎলাই য়েংলে লান্মীনি ফিজেৎ য়েংলে সিফাইনি
অদুম্মক ওইদুনসু লানহৌবনি মখোয়সে।
মীয়ামগী য়াইফনবা লৈঙাক মপুশিংদুনা
খুন ঙাক্লুচো হায়দুনা নত্তে মখোয়বু থারকপা।
লান্মীশিংনা অরোনবা ফোংনা ঙাক্লি খুনসিবু
লান্মীশিংদি অফোংবা খোঙ্গুল ফাওবা তারদ্রি।
মখোয় লৈবা উরগা শ্বর হোন্দোকই কনানা
করম থোক্লগদগে হংনৈ শৌন্নে খরনা।
লৈতা লায়রা রাখন্না ঙাওচৎনরম্বা যোসেপ
লানহৌবসিং লাকপদৈ মতুং ইন্না চৎখরে।
থৌদারোইবু ওইদুনা কোয়চেন চেন্না হোৎনজৈ
চাবা থকপা তৃম্বগী ঈ-পাউ পীথোক পীশিনগী।
খঙনরমদবা যোসেপ মমিং খংচৎ চৎখরে
অয়ুক নুংথিল নুমিদাং যোসেপ মাবু থিনরে।
হৈনবিনি যোসেপকী অশীন অরাঙ চেনবসে

নুংঙাইজবি খম থেংলে মিরাইরক্লে ময়ুম্বু।
চারা মশীং খঙদনা হেল্লক্লবা যোসেপনি
অফং অফং চাদুনা হিংলক্লিবা পুন্সিনি।
লোয়নবদে ময়ামগা মবুক ফাওদি থনজরে
চরাম চদংনরম্বা মচাশিংসু পেঞ্জরে।
খঙনা উনা হৌজিনখি থাবুম অমা ফারক্লে
লানহৌবশিং চংনবা শেম্বা শাবা হৌরক্লে।
ওইরক্লিবা ফিবম্না ককঙাওনহল্লে যোসেপ
করি করম তৌসিগে খল্লি নুমিৎ চুম্পদা।
নুংশিরবা মচাশিং পাম্মুজবী লৈহাউবু
তরক তরক য়ুমদুদা করম্না থনমগনি।
নাকন অমরোমদনা নৌনা থেংনরুরিবা
মরূপশিংগী লীচিংনা খাংঙমদনা চিংলক্লি।
পামজবদি চংপনি তুংইন্ননা ময়ামগী
য়ুমগী রাখল মচানা খরা খোঙলৌবতনি।
হিংনবগী লানফমদা মায়থীরবা যোসেপনি
শূবা নোম্বা লীকপদা চোকথরবা হকচাংনি।
লানহৌবা যাওদুনা খোংবু ওইনা চংলগা
লাইবক য়েংলুরগেদা চপ য়ুংনবু খল্লক্লে।
হায়গে খল্লি মঙমদে মুন্না য়েংই লৈহাউদা
পাঙ্গল থৌনা তাশিন্না পূকমেন পাউমেন্নরক্লে।
-চংলুখিগে ঐহাক্তী লৈরম্মুকো চেকশিন্না
তুংইন্ননা ময়ামগী তরেৎ শেন্জা তাল্লুগে।
শূফম নোমফম লৈতনা শেম্বোক লম্বী য়াওদনা
রানা তোন্না হিংবসে কোক্লবগীদম ক্লি।
করিশু খুমদে লৈহাউ য়েংতমক য়েংই তুমিন
হোয়বু হায়সি কদায়নো মাই হায়সি করম্ননো?

*অরাবসি খরদং কোক্কনি হায়রবদি*

*হোয় হেক্তা হায়রসিরা খনজিল্লক্লে লৈহাউস্‌।*

হায়নিংবদি কোঙ্গায়নি থম্মোই নীক নীক লাউরিদো

লংজিন থিঙমদদুনা রাহৈ রাকা তমঙমদ্রে।

তুম্মিন লৈবি মতৌদা য়ারে হায়না লৌদু

মমা মচা য়েংদুনা বিদায় তৌরক্লে যোসেপনা।

খোঞ্জেল মাদি য়াওদনা মরোল লোনবা মীত্তুনা

মুন্না য়েংই যোসেপ্তা কুইরক্কনু পাওমেনজে।

উদুনতা লাক্লবা যোসেপ মাগী শক্তমদো

য়েংনীংদুনা লৈরে মীৎ কৃপকনি কাউখরে।

মহৌশাগা মান্নদে ফজখরে ঙসিদি

মতম কুইনা উররোই খল্লুবনা তৌবরা।

ইনাক্তগী হেন্দ্রীঙে মমল য়াওদা খল্লম্বা

কায়নরনি তৌবরা ঙমখে লৈত পাম্মুরে।

লৈত লায়রা রাখনগা কায়নবগী মৈচাক্কা

ঈচেন ঈরৈ ওইদুনা চেম্ববিরে ঈবেম্মা।

থম্মোই ঈথক হৌরক্লে পিগী ঈপোম কারক্লে

ঈহৌরকপা পিরাংনা মীৎলু অনী থূমখরে।

য়েংজনীংবা শক্তমদো খনজিনখরে পিরাংনা

পেলহৌদ্রবা থম্মোয়না তয়াং তশোয়নহৌরে।

লোন্না তুম্মিন তৈথোকচৈ শিম্বরিবা পিরাংদো

লৈহাউ মতৌ উবদা যোসেপ থম্মোয় পুঙমদ্রে।

-লৈহাউ তোক্লো কপ্লনু অদুমনা শুম কপ্লদি

য়ুম অসি থাদোক্কুনা ঐনা করম চৎকনি?

চৎলিবশে ঐহাক্লা কপ্লনবা নত্তেনে

ঈচাশিংসি নঙ-ঐগী য়াইফা থৌরাংনি মখোয়গী।

মরূপ মপাং কয়ানা লাক্লি ঐথোয়গী খুন্দা

অমদমুক চৎলনি সিবু করি কায়বগে?
থাগী তোলোব ফংবগা থীষ্কদনা থারকনি
মসিনা কোকহনগনি নঙ ঐগী অরাবসে।
লুনা চান্না তৌবিয়ু নঙ ঐগী থরায়শিংসে
ঈচাশিংনা আশানি মখোয়গীনি পুন্সিসে।
ঙাইদুনা লৈরে ঐবু মরূপশিংনা খৌরাংনা
লৈরম্মুকো নীংথিনা চৎলুখিগে ঐহাক্তী।
হিংনবগী লাম্বেংদা নুংশিবদি চৎখরে
লৈত লায়রা লিপূন্না পাম্মু পাম্মু শেৎনরে।
য়েংজনিংনা য়েংজবা নুংশি চেংলৌ উখিদ্রে
তাজনিংনা তাজবা পাম্মু য়ারা তাখিদ্রে।
লেপনাইদবা খোঙচৎনি মতম কৌবী মহাক্কী
য়েংনা য়েংনা হৌজিনখি থাবুম ফাখি খঙহৌদে।
চারা কয়া হেল্লসু অরা কোঙ্গায় নংলসু
নুংশিবনা লৈরিঙৈ পাম্মু মরুম থূপলম্মী।
য়েৎচনফম লৈত্রবা উরি ওইরে হৌজিক্তী
অরা পন্দোল লোমখরে খাংবৈ ঙমখৈ লাল্লক্লে।

-বেম্মা নঙবু লেপ্লিবী অরাম্পবু মাল্লিদা
রাররিনি নহাক্তী অঙাং মচাশিংদুগা।
পিরাং লোন্না তৈথোকচৈ নীংশিংলক্লে লৈহাউদো
মচাশিংগা লোয়ননা মপাম চৎলি মহাক্তী।
নুপা অমা হৌগৎখে হাঙহনবিরে ফমফমদু
চঙশীন্দুনা ফমথখরে, মচাশিংগা লৈহাউদো।
থংনবদা ফমলিবী নুপীমনা ললোনবী
পম্বীগেবু হায়দুনা অঙাং অমা লৌখরে।
মুন্না য়েংই লৈহাউদা মিনুংশিগা লোয়ননা

-নঙগী নচা ঙাক্তুরা অঙাং অহুম অসিবু?
-মান্নি ঈচে ঐগীনি, ঐগী ঈচা ঙাক্তনি
পূন্না অঙাং মরীনি  লৈখিদরে অমদি।
-ৱাররিনিদা নঙদি নাওরোন খুমনখরেনে
খরা কান্নহল্লদি অনীমক্কী ফদৌনি।
ৱান্নী শান্নৌ চেকশিন্না নঙগী ঈবুংঙোদুগা
য়াম্মনখরে অঙাংসে লেপথোকহৌরো মসিদা।
চহি নৌরিবা নঙনা অহন মানশিল্লদুনা
নুংঙাইতেনে য়েংবদা নতৌ অসি নহাক্কী ।
-ঈশ্বর মাগী থৌশিলনি ঐনা করি তৌগনি
পীবীবনি মপুনা ঐনা পামদে য়াবরা?
-চংলু তানৌ দাক্তরগা লেম্না মতেং পীরক্লি
য়াইফ য়ুম্বাল থৌরাংগী তেংবাং শেনবু ফংগনি।
মপু মাগী থৌইনশিন তাইবং খূৎশেম চঙলদি
শেমদোক শেমজিন ঙস্মীদো থৈদোক থৈজিন তৌইদো।
নুপীদুনা ঙাঙলিদু খঙবরা খঙদবরা
তারি তুমিন লৈহাউদো পাউখুম লৈতে মহাক্কী।
-অঙাং অহন অসিদি লাইরিক তম্বা হৌরব্রা
হৌবা য়ারে চাউরেনে থেঙবু থেঙমনখরেনে।
-অমত্তা হৌদ্রি ঈচে খরা পীক্লি তৌবনি
লাইরিক তমফম স্কুলদো থাপ্লা লৈ অদুননি।
-মতমনিদো হৌজিক্তী লাইরিক হৈরবশিংগী
লাইরিকপু হৈত্রবদি মীৎ তাঙবগী পাংখকনি।
লৌশিং পূক্কে হায়বসি  মীরোলশিংনা হৌখ্রবা
থনম্বনি ইদুনা লাইরিক কয়া কয়াদা।
লৌশিং য়াম্না লৈনবা লাইরিক য়াম্না পাগনি
মহৈ য়াম্না হৈরগা পুন্সি মহয় য়ানগনি।

ঐখোয়গীদি লোইখরে ঈচাশিংগী মতমনি
মচাশিংনা ফরগা মমাশিংগী মমায়নি।
মচাশিংবু শেমদবা মমা মপা ওইবশিং
মচাশিংনা চাউরগা মোংফমদা তিন শিৎলক্লি।
খুমদে লৈহাউ করিসু পূক লাম্বগী খল্লিঙৈ
নীংশিংলুদে নোংমতা লাইরিক তম্বগী রাফমদি।
লৈহাউ মাগী মায়থোঙদা মুন্না য়েংই নুপীদো
ইচানুপীগুম্বনি খল্লি মাগী রাখন্না।
- নহাকসিবু ঈবেম্মা চহি কয়া শুরগে
নশকসিগী হায়রদি য়াল্লমখিরোই খল্লিদা।
-চহি কুনমঙা শুরে, চানদবরা ঈচে
ঐগী মায়থোঙ অসিগা ঐগী চহি অসিগা।
চীংদা লৈবা ঐখোয়দি রানা রানা হিংবনা
চহী য়ামজদ্রবসু অহন হেক্তা মানশিল্লি।
-নঙগুম্বী ইচানুপী ইমাগীসু অমা লৈ
মাগা মবুং অমগা অনীতনি ঈমাগী।
ললোন ঈতীক তৌদুনা রানা হোৎনজরগা
নর্সসিং তমহল্লকপনি লোইশিনখরে হৌজিক্তী।
থবক অমা পায়জরে থাগী শেম্লোক লৈজরে
মতীক মপা চানবা নুপা অমদা লুহোংখ্রে।
ঈশু অমা ফংজরে ঙৌরোক হেক ঙৌরদনা
হায়বতনী নুপানী  মমা মাল্লি মশক্তো।
রারী মখা চৎথরি থল্লায় য়াওনা লীথরি
খুমদে লৈহাউ করিসু তারি তুমিন মিতমগুম।
রাখন অমা শাগৎলি, তৌগদবা ঔরাইরি
মানা মপাম য়ৌরগা করি করি হায়রুনি।
মমা মপা মবুংনা করি করি হায়রকপা

হাইফেৎ রাখল শাগৎচা ঔরাইদুনা য়েংলুরি।
লাম্লদুনা কপ্লকপা নঙ্গলদগী নরাদু
খাওন ওম্বরদুনা অরাম্ববু কোকহল্লি।
-নঙগী ঈবুংঙোদুদি করি করি হোৎনরি
থাগী তোলোব ফংবরা শেম্হোক লম্বী কমদৌই?
-থবক শুবা চৎপনি অফংবতা শুবনি
শেম্হোক মতীক চাদেদা নাতে চাবা নত্তেদা।
-য়ুম্বাল্লোনসে কৃম্পনি, হৈত্রবদি রাবনি
কৃপ্লা লৈঙোয়দগীসু হেন্না কৃম্পী হায়নরি।
অহনশিংনা কোল্লিঙৈ লৈশা পাখং ওইরিঙৈ
নুংঙাইবদি পুন্সিগী লোইখ্রবনি মদুদা।
কুইনা লৈশাথোক্তুনা নশা লিৎপা ঙম্লবা
তৌবা য়াবা তৌদুনা হোৎনহৌগদবনি।
মনুং মতম চাদ্রিঙৈ পুন্সি ফিরেপ চুমদ্রিঙৈ
ঙন্না য়ুম পাল্লুদুনা রারবনো কয়াদা।
চাবা থকপা শেৎপগী মহৈ মশীং তম্বগী
নাবক য়েক্লক থিল্লকপা শেনগী থবক ঙাক্তনি।
শেম্হোক লম্বী লৈত্রবা নোরোকুল্লে ঈমুংদো
ঈমুং মহী পূম্লাংলাং তৌহৈবা শিন নত্তেদা।
অঙাং চাউরক্লগা শেৎকে চাগে পীরোগা,
মনীং থুংদ্রে নিঙাইনি মথা শাখ্রা পোৎনিদা।
অঙাং পীক্লিঙৈসিদা শেন তান্নবা হোৎনহৌ
অঙাং চাউরক্লবদি করিমতা ঙম্লরোই।
লৈহাউ তাদা তাশিল্লি পীদে পাউখুম অমত্তা
চুম্বা লানবা লেপ্লবা মাগী পাঙ্গল লৈজদে।
মানা অঙাং ওইরিঙৈ চেন চোংদুনা শান্নখি
অরা অনা খঙখিদে, অরাম্বসু ফাওখিদে।

লৈশা ফারকখৈদনা মফম খুদিং কুমহৈনি
কোয়বা লাঙবা হরাউবা নুংঙাইবগী মতাংনি।
নুংশিবগী তীন্দুনা থম্মোইনুংদা চীক্লখৈ
নুংঙাইবগী শরুক্তী লোইখ্রমাল্লে মদুদা।
মীনোক মীচৈ কয়ানা অরা অনা কোঙ্গায়গা
মপৈ ওইনা থুংলরে য়োমশিনবিগ্রে লৈহাউবু।
পোমশাংনবি লৈহাউদো শাংখিদরে ফুগায়না
চৈনা কয়া কয়ানা মরোল মরোল কৃপখরে।
নীংথিরবি মায়থোঙদো লৈচীল মপৈ মপৈগী
মরুমদগী ঙাল্লকপা থাজগুন্না উরেদো।

য়াঙনা চেল্লিবা বসনা পুরক্তুনা লৈহাউদু
মপাম লমদম য়ৌরক্লে কৃমফম চানা খাল্লরে।
রারী কয়া লীবিদুনা লম্বী তেলহনবিরম্বী
ঈচেদুদি লৈহৌরি, মাবু বিদায় তৌরল্লে।

মচাশিংগা লোয়ননা গারিদগী কৃমথরে
মপাম য়ৌবা লম্বীদা তপ্না তপ্না চংলক্লে।
অশুম চঙশীল্লকপনা উরক্লে য়ুম মচাশিং
চীংখোঙ চীংয়া শিন থুংনা ইচাই চাইনা তারিবা।
করম্বা ওইরিদৌনো ঈমা ববাগী য়ুমদুবু
থন্না অশুম লাকপনা খুনগী খুঙ্গোঙ য়ৌরক্লে।
হংদোক হংজিন তৌদুনা য়ুম ফাওবদি খঙজরে
থোঙ্গালদবু লেপ্তুনা য়ুমদুবু হান্না য়েংলকই।
কনা কনা লৈরমনি, করি করি হায়রক্লি,
করি করি খুমসিগে থন্না থন্না চংলক্লে।
হৌজিক ফাওবা মবুংদো মহাক লাকপা উবদা

অশাউ খাম্বী মৈহৌনা চৈরকখিদ্রা তথিনা।
ঈচীক চীকই য়ুমসিদি লৈবা উদে কনাসু
মচাশিংনা মাঙদা থা তপ্না অশুম চঙলক্লে।
ঈমা ঈপাগী য়ুমনি মানা চঙলক্লিবদু
করিননো খঙদনা চঙশিনবদি ঙমদরে।
লেপ্লদুনা শূমাংদা মী লৈবরা হংববু
লৈতবগুম কনাসু খুমলক্তে অমতসু।
কনাগুম্বা থোরকপ্রা ঙহাক অশুম য়েংলিঙৈ
করিগীনো খঙদনা মিহুন দং দং চোংলকই।
ঙহাক তুমিন লেপ্তুনা তিঙক মায়ঙক্লরিঙৈ
হাইদোরক্লে পার্দাদু নুপী অমা থোরক্লে।
-এ! লৈহাউ চঙলকউনে নমা ঐগী য়ুমনিনে
মীতোপকুন্না লেপ্তুনা করিগীনো লৈরিবা।
রাহৈ মখা তারক্লে মচানুপী য়েংলগা
ফিজিনা মায় খুমদুনা হীক হীক লাউনা কপলক্লে।
মতৌ অদু উবদা খাঙবা ঙমদ্রে লৈহাউসু
পূক্লিং নুংশিরক্তুনা থম্মোই পেন্না কপলক্লে।
মশুশিংগা লোয়ননা পুশিনবিরে ঈমুংদা
বিস্কুইট খরা পুথোক্লে মশুসিংদা পীজরে।
লৈহাউ মতৌ উরগা ঙক্লা য়েংই মমানা
মোঙ হাদা মতৌদা খঞ্জান্নজে মতোমতা।
-ঈবেম্মা লৈহাউ নঙবু ঈমাবু করি হায়সিগে
করি পাউ তারকপগে যোসেপ কৌবা মহাক্কী?
ঈঙক ঙকই লৈহাউদো ঙহাক তুমিন চঙক্লে
করিগীদমক হংলিবা লাম্বা ফংদে খনবদা।
-থাবুম অহুম ফারক্লে থবক শূনি চংখিবা
অসুক কুইবা মতমসে মরা মপাউ তাখিদ্রে।

-তারক্তবোইরে নঙদি ফরে পোখাজরুরো,
অঙাংশিংসি লাম্লনি চাক পীজরুরো ঈশিং পীজরুরো।
মমাঙ মনিং শম্নদ ঙাঙলক্লিবা রাসিংদো
থওইনবু তারুদে করি খঙদা মতৌনি।
নুমিৎ কয়া কয়ানি চাক মশক উরকত্রবি
চাকখুমদা হোৎচিনখরে, অরৈবা পুথোক্লুরে।
কুম লায়নাদৈ ফরকুম শরূ মপুন মাল্লবা
মচানুপী লৈহাউগী ঈ থাংদ্রবা মায়থোঙনি।
মায়থোঙদুবু চিংনা য়েং নুংসিনবু হংলকই-
য়েংবা ঙমদ্রে নতৌসে নঙবু য়াম্না রারব্রা?
-হোয় ঈমা খরা রারে, মানা চখোকখিবদৈ
ঐদি ঈচাশিংশিগা ঙমদে খবক শুবসু।
-নঙগী নরাইবকশি ওম্থোক্লসু থীখ্রেদা
খরা রাবা তারেদো য়ুম্বাল নাতৈ চাদ্রেদো।
রাহৈ মখা তাখিদ্রে, তারমদাই থাজগুম্বী
মঙাল য়াওদ্রা মায়থোঙদা মীৎ কুপ্তা য়েংলকই।
তারমদাই থাজগী চায়থরবি মায়থোঙনা
করি মপাউ তমগনি বিদায় হায়বা নত্তনা।
পুন্সি লম্বী লমফাংদা খম্বহৌদা মীকুপ্তা
খোঙফম অমা শোয়বদা পুন্সি লৈখা তারেদো।
অশুম য়েংলম্বদগী পেনহৌদ্রবা রাখন্না
থম্মোইনুংদা ফুনগৎলক খোঞ্জেল থোক্লা কপ্লক্লে।
কপ্লিবদু মমানা করিগীনো খনবদা
লাম্বা ফংদে লৈহাউদি তুমিন রাখন তৌরকই।
চোকথরবা হিংবদা পাঙ্গল ময়েং তারবি
শরূ মিতম মাল্লবী মাবু উরগা কপ্লীবরা?
মকোক ঈচাউ চাউরবা মপূক ঈকং কংলবা

মোৎতাইনরা মচাশিং উবদবু কপ্লিব্রা?
মমা মপা মবুংনা নিঙোন নাইতোম শাৎপীদু
লুন্না চান্না তৌরকই মনিং মখা তমহল্লি।
সহরদা থল্লদুনা কোমং মহৈ তমহনখি
লৈত লায়রা ওইবনা তমহনখিদে লৈহাউবু।
মদুমক্তনা লৈহাউদু  লাইরিক ময়েক খঙদবী
লৌশিং পাঙ্গল রাৎলবী অমা ওইনা হৌরকখি।
লাইরিক হৈজদ্রবসু নাইতোম শাৎপী লৈহাউনি
অরাৎ অপা লৈহন্দে কেনা মৌনা লৈহল্লি।
লৈত লায়রা খঙহন্দা অরা মৈশা লাংহন্দা
চানীংবতা চাহল্লি, শেৎনীংবতা শেৎহল্লি।
পুন্সি লম্বী চৎপদি হৌরকপদা মঙায়রি
নৌনা নোংলৈ থেংনরে, অরা পন্দোল লোম্লক্লে।
করি লংজরুবগী চৈরাক চৈথেঙ ফংলিবা
অরাবগী শঙ্গুনা কোয়শিল্লরে লৈহাউবু।

খঙহৌদনা খাল্লরে গারি অমা থোঙ্গালদা
পাখৎ চাউবি মমাদো তফিং তফিং চেম্থোকখি
থোঙ্গাল নক্লা খাল্লরি  মলশিল্লবা জীপ অমা
উরে গারি মনুংদা ফিমু কূপলা কূ অমা।
কূমথরগা জীপ্তগী চঙশিল্লক্লে কোমংদো
মকশিল্লবা মায়থোঙনা মমা তম্না য়েংলকই।
-ঈমা যোসেপ ওইরম্লে, ঈচন নুপীগী খুন্দা
চৎপা তারে হৌজিকমক লোইশিল্লুরো ঈমাসু।
-ঙাইখো, নঙবু চঙলকখো নচন্নুপী লৈহাউদো
লৈরে সিদা লাক্তুনা মপুরোইবা ওক্লবা।
-ঈচন তোম্বী লৈহাউবু ঐথোয় সিদা লাক্লবা

যোসেপ মাগী মপাউসে তাররিদ্রা মহাকসু।
থোরক্লগা ঈমুংদৈ মমাগী তুংদা তুমিন
তুফক তুফাই চন্না লেপ ঙকচান্নরি লৈহাউদি।
মচনতোম্বী লৈহাউবু উরদুনা মবুংনা
মচন নাক্তা চঙশীল্লি, নাম্ববীরে মকোক্তা।
-ঙসি ফাওবা নবুংবু রারৌপুরৌরিবরা
লৈরি তুমিন করিগী নবুং ঐবু উরগা?
হৌখিবদো হৌখরে কাউথোকখরো পূম্নমক
নবুংদুমক্কি ঐহ্মকসে অঙাং নরা ওইরিঙৈগী।
রাহৈশিগা লোয়ননা ঈহৌরকপা পিরাংদো
খুৎলৈ থুনা তৈথোকচৈ ঈচেন নাইনা চেন্দ্রিঙৈ।
পলেম ওইবি মহাকসু কপখি মাবু উরগা
মবুং কোমং মহাকসু কপ্লি মাবু উরগা।
উরুরগা কপ্পদু মমা মবুং অনীনা
মিপাইহল্লে লৈহাউবু চিংনবনা য়োমখরে।
খাল্লি গারি থোঙ্গালদা, মনূংদনা কূ অমা
খঙনীংবগা লোয়ননা য়েংই মুন্না কূদুদা।
কূমথরগা চঙলক্লে গারিদগী মী অমা
অতৈ কনা নত্তেদো মাবু পোকপা পম্বৌনি।
কূপ্লদুনা ফিমুনা কূ মনূংদা হীপ্লিবা
নীংঙাইদনা তূপ্লিবা মহাকসিনা কনানো?
তপ্না চঙ্শীল্লক্তুনা লৈহাউ পোকপা বাবানা
লাংলেন থাদোই লৈহাউবু মথানুংদা কোনশিল্লি।
তপ্না তপ্না নাম্ববি, নুংশিনবু মকোক্তা
মীৎলু পিরাং ঈরাহৌ খোঞ্জেল তনিক তনিক্লে।
-মপু মাগী লিলানি তাইবংপান্দা থোক্লিসে
তাইবং ওইবা ঐথোয়দি মাগী য়াথং ইনবনি।

নঙগী থরায় ওইরিবা যোসেপ কৌবা মহাক্তো
অরা অনা কোকপীখ্রে, পুখৎখরে শ্বগদা।
চিংনবনা য়োম্লম্বী লাইবক চাউবি লৈহাউদো
হৌজিক্তদা খঙলক্লে কপখিবগী মরমদো।
খল্লুদবা থৌদোক্লা থাজদনা থোক্লরে
লমজিং মৈরা মুৎখরে আশা থাউমৈ মমখরে।
পুন্সি লমশাং লাকপদা খুইথরবা হকচাংদা
লোইরসনু মতাগুম চৈনা চৈথেং পীররে।
মৈরি থোক্লা চাক্লক্লে থম্মোয় পুঙমলক্তরে
নোং খোঙবগুম কপ্লক্লে পম্বৌ মাগী মথানুং।
শিম্বরকপা পিরাংনা চোৎহল্লবা মায়থোঙনি
ঈঙা নোংনা চাম্লবা থারিকথাগী মতৌনি।
মচেৎ তারা থম্মোইগী অরা মপাউ ফোংলিবা
কাহৎলবা শকফম্নি য়েংফম খঙদ্রা মায়থোঙনি।
তাইবঙ শেবাৎনরবি কনাগুম্বী অমগুম
ঈফা ফারা শম্লাংগা জীপ গারিদা য়েংলক্লে।
য়েংনিংদবা মীৎয়েংনি থাংনিংদবা খোংথাংনি
যেংদ য়াদা য়েংলক্লে থাংদা য়াদা থাংলক্লে।
লেপ্লরে জীপ মনাক্তা য়েংই মুন্না কাইদুদা
পায়গে খন্না তিংথোকই শোক্কে ঙমদে হনজিল্লি।
কোরৌ শিংবূম কয়ানি ঙাইজরকপা মহাক্কি
লাক্লবসু মনাক্তা লৌশিনঙমদ্রে তরাইনা।
থাবূম কয়া হৌখরে পাম্মু চেংলৌ উদনা
লোইদাম থাজ য়ামখরে য়ারা মপাউ তাদনা।
চেংলৌ শকথেংনরগে য়ারা মপাউ হংলগে
খল্লদুনা লৈহাউদো মখুৎ অনী তিংথোক্লে।
কূ কুপ্লিবা ফিমুদু খরা খজিক হাইদোক্লুই

'কদাই ঐগী যোসেপ্তো' খন্না মুন্না য়েংলুরে।
খংপ্রেক খংই লৈহাউদো শক্তম অদু উবদা
য়েংবা ঙমদে লৈথোকই মমীৎ অনী উইশিল্লি।
খঙহৌদনা খুমজিনখি য়েংজনিংনা য়েংলুবা
থরায় ওইবা যোশেপকী উনিংলুবা শক্তমদো।
ওঘোকপগী শক্তমনি, য়েংফম খঙদ্রা মতৌনি,
মুর্ত্তি শাবা কনানা লোইফাত্তনা থমগুম্মী।
নোংজু নুংশা মরক্তা কুমজা কুমশিং খঙদনা
নোংখাং চাইরা মীতমগুম নীংখায়রবা শক্তন্নি।
শদোং য়োনবা কনানা মতৃপ মতৃপ থমগুম্মী
কংশিল্লবা ঈ-শিংনা নপ্লি মুশিল্লদুনা।
নোং মঙদনা তারকপা শাফু কল্লা ব্রজনা
খঙহৌদনা পাল্লরে লৈরাং লৈনা চাকথেক্লে।
পৃম্মম মমখ্রে তাইবংপান মঙান মরীক উখিদ্রে
লেপ্পী মচী লেঙদনা মিতমগুম্না নুজাদো।
অমম্বগী মপৈনা পাইরক্তুনা নল্লরে
অশুম অশুম নম্বরক শ্বর হোনবা ঙম্লক্তরে।
কাউথোকখরে মশাবু অমম্বদা তাউখরে
মরূ ফৃক্লা পামেলগুম মশা তোলহাইনরক্লে।
-ঐসু য়েংগে ঈমাও পম্মৌ মাগী মশক্তো
উখিদবা কুইরেদা লোইদাম থাজ য়াম্লক্লে।
তাইবংপানসি করিনো খঙজদ্রিবা মচানা
হায়জররি মমাদা নোম্লদুনা মখুত্তা।
অমম্বগী ঈপাক্তা তাউরুরবী ঈবেম্মা
মমীৎ তপ্পা পাঙথোকহ- য়েংজৈ মমোম লাংলেন্দা।
উরে নৌরা মায়থোঙদো ঙৌরা চেবাংগুম্লিবি
মথানুংদা কোনশিল্লি চেজেৎননা লাংলেনবু।

থম্মোয় মরোন থোক্লক্লে পিগী ঈফুৎ ফাওরক্লে
শকফম কায়রা মায়থোঙগ থোঞ্লেল থোক্লা কপলক্লে।
অমম্বগী ঈরৈদা লূপলুরবি রাখন্দো
নুংশিবনা চিংলরে তাইবং মঙান ফাওরক্লে।
-নত্তে সিদি পম্মৌগী উজনিংবা শকফমদো
লাইরৈবাক্তা কাথরে নঙবু পোকপা পম্মৌদি।
-ঈমা ঈমা চৎলুসি লাইরৈবাক্তা ঐখোয়সু
পেন্নমুক্তা য়েংজগে অপোকপগী মশক্তো।
-চৎসি, নোংমা শোইদনা ঐখোয় পূন্না চৎকনি
লাক-ও লাক-ও চৎলসি লাক-ও ঈমুং চঙলসি ।

মীয়ামগী চেল্লীবশিং লৈবাক্কী চোংলিবশিং
মখোয় মশেন য়ান্নদে খুৎপু কয়া শেন্নৈদো।
খুৎপুশিংগী য়াথংদা উফূল ওল্লে মীয়ামদি
লেপ্লী মীয়াম ময়াইদা নোংমৈ চীন্দোন অনীগী।
অকল অরিং শীংননা অঙম ঙমদা চাংয়েংনা
লানহৌবশিং লাম্থেংনৈ মখোয় মশেল হাৎতৌক্লে।
নুমীৎ নিনী মাঙওইনা চীংগী মফম অমদা
লানহৌবা কাঙবু অনী থেংনদুনা খৎনখি।
নুমীৎ নিনী লেপ্তনা অহিং নুংথিল নাইদনা
নোংমৈ য়াম্না কাপনখি বম কয়া পোকখায়খি।
মচীন মনাও লাম্থেংনৈ অঙম ঙমদা য়েংথৌক্লে
অশোক অপন কয়ানি অশিবসু কোঙ্গায়নি।
ঙসি অয়ুক ঙন্তাদা মখোয় অনী লাক্কুনা
যোসেপকা নকশিন্নবা মরি মতা থিরখি।
লৈখিদরে যোসেপ্তো মায়োক্লবা লানফমদা
লৈরে মোগতা তাদুনা মাগী হকচাং পোলাংদো।

অসুম হায়রবদগী য়েংলুবনি চত্তুনা
যোসেপ মাগী ওইরম্লে থরায় য়াওদ্রা হকচাংদো।
রাশক কয়া শক্লম্বা আশা কয়া পীরম্বা
মঙলান ওইরে ঙম্নমক চৎখ্রে মাদি তুমিন্না।
চৎলগেসু হায়রমদে লাক্লরোইসু তাক্লমদে
পূকমেন পাউমেন্নহৌদা থাদোক্লম্লে তাইবংপান।

লৈহাউ মহাক নত্তনা কনা লৈতে তাইবঙদা
তোল্লা তারা যোশেপকী মথৌ মঙম পাঙনবা।
লৈহাউখোয়গী ঈমুংনা পাঙদা য়াদা পাঙথোকখ্রে
যোসেপ কৌবা মহাক্কী মথৌ মঙম অপূম্বা।

শউম কল্লা নোংলৈনা মরূ মরা ফূক্লা
হুমদেক্লম্লা পামেলগী পাংখক ওইরে ঈবেম্মা।
তুমিন তুমিন ফল্লরি মচী মচী খুদিংদা
য়েংই মীৎফম হোংদনা য়েংখি য়েংখি মফমদা।
মমায় তানি কাউখরে মশম হাৎনি নীংশিংদ্রে
হায় তাদে কৌই খুমদে অঙাওবিগী পাংখক্লি।
মচানুপী উরগা রাজরবী পলেমনা
খল্লী করি তৌশিগে অরাবশে কোক্লবা।
খোম্লাং থক্লা হিংলিবা নঙ্গলদগী নরাদো
তপ্লা লৌথরক্লগা শিন্নরক্লে লৈহাউদা।
-মপূক লাম্মে নরাশে খোম্লাং ইল্লু ঈবেম্মা
ঈচা খোম্লাং ইনবশে মমাশিংগী থৌদাংনি।
শিখ্রবা মহাক্তি লৈখ্রবনি ঈশ্বরগা
অরা নুংঙাই লৈররোই অরাম খৌরাং ফাওররোই।
নুংশিবসু কায়ননি পাম্মুবসু চৎখিনি

খাম্মুবসু য়ারোইদো থীংলুবসু ঙম্লোইদো।
তাইবং পুন্সি খোঙচৎকী মহৌশানি হৌনশা
শিম্থা লোইরা থরায়না থাদোক্লল্লা চৎখিবা।
অরাবনা শয়োম শা থম্মোই খাম্বী মৈহৌবা
তাইবং পুন্সি মচৎনি নহাক্তগী নত্তেদো।
হৌখ্রবা রারীশিংনা খোঙলৌ পল্লৌহন্দুনা
লাক্কদবা পুন্সিবু মিরাইবদি চুমদেদা।
কাউথোক্লো হৌখ্রবশিং অরা চৈথেং পীরিবা
খল্লো তুংগীদমক্তা মোমোন মীনোক তম্নবা।
ঈচাশিংবু শেম্বশে মমা মপা ওইবগী
ইহান হানবা থৌদাংনি চেনফদবা থৌগায়নি।
পাথাং পুথাং থংথরক শিন্নরকপা থৌদাংনি
মতম চানা শিংদোকনি তোনশিল্লিবা লমনসি।
মতম কৌবি ঈচেন্দা তাউথরিবা ঐখোয়নি
মতাং মপা চারীঙে অনীংবদো পাঙহৌনি।
মতম মাদি চৎখিনি লেপনাইদবা খোঙচৎনি
তৌগদবা তৌদ্রসু খাম্বা য়ারোই কৈদৌনুং।
অমুকখক্তা লাকপনি মতাং মতম হায়বসি
অমুক হন্না লাক্লরোই অমুক্তুবু হৌখ্রবদি।
মতম মানা লৈরিঙে ঈথৌদাংদো পাঙহৌসি
পাঙহৌদ্রবা থৌদাংনা পুন্সি লম্বী থৈহল্লি।
হৈবু থারা হৈপাল্লি লৈবু থারা লৈশাৎলি
ফংলিবসে মহয়নি তৌজ তৌজরুবগী।
হয়েং মহয় চানবৈ ঙসি মরু হুনগনি
চোংলক্লিবা ময়োন্দো ঙাকপী শেনবী চাউহন্নি।
থাজরিবা হৈপালনা চাউরা শারেপ ফারগা
উরুম লাংনি মখোঙদা মহয় চানি মুল্লগা।

লাও লৈহাউ ঈবেম্মা চাক খরা চাররো
অশুম চাদা থকত্রদি হকচাং পাঙ্গল শোল্লনি।
পাঙ্গল শোল্লা হকচাংনা করি থৌ পাঙঙমগনি
লাক্লো লাক্লো ঈবেম্মা নচাশিংগা চাররো।
মচা লৌই লৈহাউদো থল্লদুনা মীৎমাঙ্গা
য়েংই পীক্লা মায়থোঙদো উরে মীৎস্না অনীদো।
হংবগুন্না তৌরকই 'ঈরাল করি লৈবগী
মীরাইবিরি ঐহাকপু পলেম নঙবু অপোকপী'?
থম্মোয় পুবা ঙমদরে চূপচৈ পীক্লা লাইবক্তা
মথানুংদা কোনশিনজৈ খোঞ্জেল থোক্তা কপলক্লে।
ঈহৌরকপা পিরাংদো ঈচেন নাইনা চেন্দ্রিঙৈ
ফিজিনা শৎ তৈথোকচৈ নরাশিংনা উদ্রিঙৈ।
খোল্লাং ইনবি মচাদো কপ্লিবদো থেমজিনজৈ
কপখিদরে নরাদো খোল্লাং থকচৈ হরাউনা।
পুংকক চাউরা অনীদু লেপ্লি মমাই মনাক্তা
মুন্না য়েঙই মমাদা মনাক নক্লা চঙশীল্লি।
রাকৎ কয়া পুরিবা রাহং কয়া হংলিবা
মচাশিংগী মায়থোঙদো উরে লৈহাউ মহাকসু।
নাম্বীরে মকোক্তা মখুত্তুনা নুংশিনা
খোঞ্জেল থোক্তা পাওমেল্লি -ঈমা লৈরি রাগনু।

মচাই মতৌ উরগা নুংশিবনা পারবা
পলেম ওইবী থম্মেয়সু তপথবা ঙমলক্তরে।
-মমা ওইবিশিংগীদি মচাশিংনা মরূনি
মচাশিংনা থরায়নি হিংলিসিগী আশানি।।
মচাশিংগীদমক্তা থরায় হকচাং কৎপনা
ধর্ম্মনিদো অথোইবা মমা ওইবীসিংগিদি।

পম্বৌ ওইবা মহাকসু থম্মোয় মৈচাক পুঙমদরে
লাংলেন মতৌ উবদা থম্মোয় মরোন থোক্লক্লে।
তারি নোং জিরি জিরি শেল্লী ঈচেন চুরিদা
ঈথক ঈপোম হৌদুনা চেম্ব্বরি অনেম্বদা।
তাউথহল্লি চেগী হি অঙাওবা ঈরৈদুদা
ঙাওনা ফৈনা তাউথরি চেম্ব্বরিবা মায়কৈদা।
কয়াম কুইনা তাউখিনি কদায় তান্না চৎকনি
পলেপফমদি লৈতনা লমথুংফমসু খঙদনা।
য়েররি চেগী হিদা ইচুমদগী নোংলিক্লা
ফীবম কায়রক্লে হিদো অসুম শুম য়েরকপদা।
লূপথখরে চেগী হি চেম্ব্বখরে ঈচেন্না
ঙাকপিনবা লৈতবনা হিনাও শাবা য়াওদবনা।
উবিনবা লৈতনা খঙবিনবা য়াওদনা
মদোম তুমিন তাউরম্বা মদোম তুমিন মাঙখরে।
বাজরবা পম্বৌনি মমোম মতৌ উবদা
মচানুপী য়েংলগা পূকমেন পাওমেঞ্জরকই।
-তাউনে নঙবু ঈবেম্মা উরেদনা চেগী হি
ঙাকপিবা লৈতবনা লূপখিবনি হিনাউদো।
পম্মুং খঙদা তাউবনা মায়কৈ খঙদা চৎপনি
লম্বী খঙদা চৎলগা পম্মুং করম য়ৌগনি।
নীংহন্নরি করিগী থৌনা লৈয়ু ঈবেম্মা
কিরদুনা চেল্লগা য়াগদবা নত্তেদো।
থৌনা লৈবা মীদুদা পীবি লম্বী ঈশ্বরনা
হোৎনা কনবা মখোয়না মনা ফংই শোয়দনা। ।
ঈমা পাবুং লৈরিনা নবুংনসু লেপ্পীনা
নঙগী করি রাৎকনি নীংবা কায়রি করিগী?
শোয়খ্রবা খোঙফমদো কাউথোকখরো হৌজিক্তী

করি করম তৌরগা হিংশিগে রাখন তৌরো।
হোৎনবা য়াওদ্রবদি হিংবা ঙল্লোই পুন্সিদো
মায়কৈ খঙনা হোন্দ্রদি ফংবা ঙল্লোই পম্বুংদো।
মশানা মশাবু খঙজনা শু-নোম্লিবা মঙোন্দা
পীনবি ঈশ্বর মাগী লোইনাইদ্রবা থৌজান্দো।
পম্বৌ ওইবা মহাক্তী পুন্সি শিম্বা লোইখ্রেদো
মপু মাগী মনাক্তা লোমনাইদনা হিংখ্রেদো।
য়েংউ মনি মতৃমসিং পলেম পম্বৌ য়েংলিসে
পলেম ওইবি নহাক্লা পম্বৌসুনি হৌজিক্তী।
পলেম পম্বৌ অনীগী থৌদাংদুনি তারিবা
পাঙগদবা শিম্বানি নাম্বোকফদা লীপুন্নি।
পাঙ্গল থৌনা তাশিল্লু রাখল ফিরেপ চুমহল্লু
নথম্মোয় মরা তাহল্লু নপুক্লিং মউ লিংউ।
করিগুম্বা নহাক্লা নাথৈরগে খল্লবা
য়েংবিহৌনি কনানা অঙাং নরা ওইবশিং?
শেম্বী শাবিবা য়াওদা ঙাকপী শেনবিবা লৈতা
পঙহৌ হৌবা উপালগুম লৈহৌরনি মখোয়না।
মীমান্নবা ঙমদনা হিংহৌরনি পিরোইননা
পোকপীরম্বা নখোয়বু রারৌহৌনি মখোয়না।
কায়না মৈনা কনবরা চেৎলি নুংশি লীপুন্না
নরাশিংগী রাখন্না পাম্মুববু কাউহল্লে।
পারি মমোম ওইবশিং নুংশিজবখক্তনা
ঙন্নমক্তে হেল্লীদো মমা ওইবিশিংগীদি।
পলেম মীংথোল ফংলবি লৈহাউ লায়বক চাউবিদো
নরাশিংদো কৌশিনজে নথানুংদা কোনশিনজে।
তাইবং পুন্সি লোইদুনা চৎখ্রবদা থরায়না
লৃ-তোংগী হকচাংসিদি লৈহৌই তাইবংপান্দা।

তাইবং শিঙ্খা লোইরবা হকচাং পোলাংশিংসিনা
মাগীদমক তল্লবা অশি ফমুংদা তূল্লি।
ঈংনা পোখাজনবা থল্লী অশি ফমুংশিং
মফম চাবা য়েংদুনা পোখানফম মোংফমদা।
নুংদা ময়েক হক্তুনা য়ুংলি নীংশিং য়ুম্বীশিং
তল্লি মপাউ মখোয়গী লাকদবা মীরোন্দা।
খোঞ্জেল খোক্তা লীরিবা রারীশিংসি নত্তনা
তাখিদ্রে করিমতা ঈচীক চীক্লে মফমসে।
তাইবং জিব অমত্তা লৈত্রবগুম তৌবরা
উচেক রায়া কৌজেংগী তেংথা ঈশৈ তাখিদ্রে।
লিরি হুল্লী মালংবা তূম্বা কায়নি মতানি
তারমদাইগী কোরৌসু তুমিন বিদায় পীরক্লে।
মতম অসিমক্তদা লাক্লী লাইরেম্বী অমা
অঙৌবা ফিজোম্ননা ফিজেৎ লৈতেং ওইরবি।
তপ্না তপ্না থাঙলক্লি মোং হাদনা চঙলক্লি
শকফম হোংদা চীং লেম্না লৈমারেনবী মতৌদা।
লাম্বেংনখ্রবা তুংদা মায়পাক্লা হল্লক্লিবি
থৌনা ফবী মহাক্কী পাংখক ওইরে নুজাসে।
রারুবগী মমিসু মপূং ফানা কোক্তরি
নুংঙায়বগী মঙালনা ফুদোরক্লি মায়খোংদা।
খুত্তা য়েন্দায় পায়দুনা তপ্না তপ্না থাঙদুনা
অশুম চংলম্বদগী লেপখ্রে মপা অমদা।
লৌখোরক্লে মৈরাদো মৈরি খোক্লা চাকহল্লে
চংশিন্দুনা মোংফমদা মফম চানা য়ুংশিল্লে।
মহাক্তুগী মফমদা লৈরাং খুদোন তমজরে
মখুৎ অনী লোন্নজে মমীৎ অনী উইশিল্লি।
-রাখল থেনবী ঐহাক্লি পাঙ্গল শোনবী নুজানি

পুন্সি মীকূপ খুদিংদা লমজিংবীয়ু নহাক্লা।
লৈবিয়ুকো লেঙদনা ঐগী থম্মোই লকাদা
পাঙ্গল থৌনা হাপ্পীয়ু পুন্সি থৌদাং পাঙজগে।
রাখল অনী লোংজরোই ঈমং অনী শুজরোই
পুন্সি চুপ্পা হিংজগে থরায় অসি থাজগে।
কল্লক য়েংথী অপুম্বা ঙাকথোকপা ঙমজগে
পাপকী থবকশিংদগী লাপথোকচবা ঙমজগে।
জাতিশিংগী মরক্তা লৈত্রসনু খেৎনবা
ধর্ম্মশিংগী মরক্তা লৈত্রসনু খৎনবা।
মীগা মীগা খেৎনদা থোংমান্নবা হিংলবা
ওইরসনু তাইবংপান অরা অনা লৈত্রবা।
নরাশিংগীদমক্তা পুন্সি অসি কচ্চগে
শেমজরগা মথোয়বু নুংশি লমন শিংজগে।
হিংনবগী লাম্হেংদা লোইশিনখ্রবা পুন্সিনি
কৎখ্রবসু থরায়দো মায়থীখ্রবা নহাক্লি।
থরোই কায়গুম ঈথোঙদা কোঙ্গোল তাকুম ঈয়াইদা
মমল লৈতা লোইখরে খঙবিদনা চৎখরে।
পোকপদগী শিবফাও অরা মৈশা লাংখ্রবা
মিকূপ পুংজা অমত্তা নোকখিদ্রবা মহাক্লি।
হিংবা কৌবা পোৎলুম্বু নিংঙাইদনা থাখ্রবা
চোকথরবা হে থরায় পোখারো ঈংনা তুমিন।
য়েংলকউকো তাইবংদা মপু মাগী নাক্তগী
তাইবং লিলা ফম্বাক্তা নরাশিংগী কুমহৈদা।
থরায় তানা য়েংলকউ মোমোন মীনোক তল্লকউ
নঙনা পেনবা উরগা পুন্সি মহয় য়ানজগে।
নিজবা লোইশিনখরে লাইবক শোক্লা খুরুমজৈ
হৌগৎলক্লে তপলপ্লা ময়ুম মায়কৈ য়েংলক্লে।

নোংমগী থৌ লোইরবা কোরৌগী তুং ইন্নরা
মরানয়াইবু তল্লক্লে লাইবক চাউবি লৈহাউদো।

শিঘ্য লোইৱা অঞ্জুনবা মরানয়াইদা লেঙশীনখ্রে
শিন্নরল্লে তাইবংপান অমম্বগী মফমদা।
মথৌ পাঙবা চৎলুবা তাইবং জিবা অপৃম্বা
অমম-অঙান শিন্নঙৈ ময়ুম মায়কৈ তমলক্লে।
মচা ওইবা মখৈসু পৃক্লিং লুন্না পোংজরে
পলেম পম্বৌ হল্লকঙৈ ঙামোক য়াম্না পুরকঙৈ।
মচাশিংগী মতৌদা অঁরা পৃম্বা কোকখরে
আশা থাউমৈ মৈরীসু তুমিন মকা লামজরে।
পুন্সি লানফম ময়াইদা চোকথরুরা হকচাংনি
হিংনবগী লাম্ছেংদা লোইরুরবা থৌনানি।
মচাশিংগী কুমহৈনা অহিং শীক্লা ওইজরি
তুংগী মংলান কয়ানা লমজিং মৈরা ওইজরি।
কালেন থাগী নুংশাগুম রাকচিং থাগী উলেনগুম
চৈনা চৈথেং কয়ানা য়ৈহৎপিরা লৈহাউনি।
নোকখিদবা কুইরক্লে কুমজা মশীং য়াল্লক্লে
মোমোন নোকচৈ ঙসিদি মচাশিংবু য়েংলগা।
অমম্বনা য়োংশ্রবা মপানগী তাইবংপানবু
য়েংলুরগা ঙাইহাক্তং থোঙজাউ থোঙনাউ লোনশিল্লি।
চুখৎচবা মৈরাদো মকা লান্না চাক্লক্লে
মৈরীদুগী মঙান্না কাদু পৃমঙান ঙানখরে।

নভেম্বর ২৭-৩০, ২০০৬

লোইরবা



# মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ

## থৌবাল দিষ্ট্রিক্ট মশাগী ফোঙখ্রবা লাইরিকশিং

১.ঐগী থম্মোয় কুরুক্ষেত্রদা ( শৈরেং) - ২০০৪
শ্রী মোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহ

২.কাইদা কাইদানা ( শৈরেং) - ২০০৪
শ্রী মোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহ

৩. সৌরজগৎকী লৈঙাক্লোন(উপন্যাস) - ২০০৫
শ্রী সম্বান্দুরাম নন্দকিশোর সিংহ

৪. থব্বায় হাম্বিদ্রবা ঈশৈ (ঈশৈ)- ২০০৮
সরত সলাম

৫. মী অমসুং ঐ (শৈরেং)- ২০০৮
থোঙ্গ্রাতাবম বিশ্বামিত্র সর্ম

৬. কৃষ্ণদগী হেনবা কৃষ্ণ নামগী মহিমা(ধর্ম্মগী লাইরিক)- ২০০৮
শ্রী মোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহ

৭. প্রেমগী মহিমা(ধর্ম্মগী লাইরিক)- ২০০৮
শ্রী মোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহ

৮. শান্তিগী তুংনফম গৌরিয়া বৈষ্ণব ধর্ম্ম(ধর্ম্মগী লাইরিক) - ২০০৮
সনসম রামেশ্বর সিংহ

৯.অঙাওবনিদি হায়নখি ঙাওবদি নত্তে(বারেং) - ২০০৯
শ্রী মোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহ

১০. চিংগী লইশ্ম তমগী থাউমৈ (রাধী মচা) - ২০০৯
নহাকপম দিনেন সিংহ

১১. মশাগী ঈহূল (বারী মচা, খোর্মজিনবা) - ২০১০
এদিটর: সনসম নবদ্বিপ সিংহ

১২. অপুনবা তৌনরে ১সুং মশাগী লাইরিকশিং (হন্দোকপা, বৈন লাইরিক) - ২০১০
সনসম রামেশ্বর সিংহ

১৩. মেরা থাগী পুর্ণিমা( ঈশৈ লাইরিক) - ২০১০
যুম্নাম সুবচন্দ্র সিংহ

১৪. অহল্লুপ পানা নহাকপ পানা (রাধী মচা) - ২০১০
তোঙ্গাও মৈদিঙু

১৫. শান্তিগী তুংনফম (ধর্ম্মগী লাইরিক)- ২০১১
সনসম রামেশ্বর সিংহ

১৬. অতিয়াদা শম্লল(শৈরেং) - ২০০১
তেম্বাই ভৈগ্যচন্দ্র

১৭. মৈবা চিংলিবা মালেম (শৈরেং) - ২০১১
সনসম নবদ্বিপ

১৮. যুম্মু ওল্লবা মীপুংশিং ( হন্দোকপা বারীমচাশিং)- ২০১১
সনসম নবদ্বিপ

১৯. লৈসনা ( শৈরেং)- ২০১২
থোকচোম কিরন মীতৈ

২০. মশাগী ঈহূল ২শুবা ( শৈরেং, খোর্মজিনবা) - ২০১২
এদিটর: সনসম নবদ্বিপ সিংহ